# ৱাহৌদোক

"পুন্সি-মৈরা" হায়বা লাইরিক মচা অসিদা মণিপুরী সমাজনা তোন্না থম্বা কনানসু শক খঙবদ্রবা শীংথানবিদ্রবা মুজ। কযাগী পুন্সিগী মমি থনদংসু তাইহন্দনা থোংনজে। নহা নলগী থাম্মোয়গী শকথংসু থনদং উৎনবা থোংনজে। মণিপুরী সাহিত্য লৈবালগী কাচিন অমতদা হইনবসু পীব্রবা লৈরাং মচা অমতং হইনা শাংচবা ফংগদ্রে হায়বসিনা লাইরিক অসি পাথাবচনগী আশানি।

হায়রিবা মচা শং অসি হখিদা ঐগী পুন্সি মেরা চুরিবনকপা মহারাজ পুনারা শ্রীমতি বিনোদিনী দেবীনা মতাং ককদা ঐহাক্কী ৱাখল পানা করি চুনথারকপীখি। লাইরিক মচা অসিগীদমক্তি মহারাজ কুমারীগী মখনদা লনন তোল্লবানি।

লাইরিক অসিরু ছোড়াবর্বিবা ৬ঃ কেঃ ষ্টোরবুসু ধন্যবাদ তজরি।

তাং ১৩।১১।৫৮ ইং

নিংজোল চাক্কৌবা কুনিং। **প্রমোদিনী**

---

# হীরম লমায়

# পুন্সী-মৈরা

( ৱারী মচা-মচা )

## ইচেতোম্বী

মহাক্কী চহী কযা শুবে, ঐ তাংদাংবা খঙদে, তাতৈনম্ব খঙদে অতুবু উবদদি নহাক ঙসি ফাঙবা মথোং কাবকপগী ঙমখৈ লানদ্রি হাযবা খঙবা ঙম্মী। মমায শেঙ্গোয শক্তানি অতুগী মথক্তা মাযহিং অতুনা মিংচৎ থীবগী দাগ থম্বগুম উংলি। মাগী মাযথোংগী কবিগুম্বা মযম তমদা শুমহংনবা যাউইদনা হাযনীং-ঙাই ঐনা উবা যংদে। অতুম্নদি গুইবগা মহাক্কা খুবোম তাবা অনীতুদি অঙকপা যংনা যজবি। ধ্যান তৌবা যাবা খোঙদানি। মমায অতু খুমজিল্লগা মতুংলোমদা যেংলবদি হৌজিকস্তু মাবু যজবানি হাযগে—অতুক্কী মতাক যজে মাগী শাবান।

নোংমদি ঐঙোন্দা লাকতুনা হাযববে "ইবেম্মাগা ঐগা ৱা অমা ঙাঙনগদোবা লৈ।" ৱা অসি তাবদা ঐগী ইবেলনা ফিংনা ঐঙোন্দা য়েংখৎলকই, চিংনতুনা। মাগা এগা করি ৱা লৈনযম থোকপগে? মাদি ঐগা সঙ্গ তৌবদা মতাক চাবা মী নত্তেনা, মবমদি মহাক অসি চহী অনী তহুম অসিগী মন্নুংদা মনিং শাংখ্রবী, তৌঙম্বী, ওক্তশিংদাচনবীনি · ·· । অস্নুম্না ঐনস্থ খনখি।

ঐনা খুম্মী —"ঐগী কাদা ওহাক্তং ফম্বীবস্মু।" মানা চঙখ্রবা তুংদা অবোক্না লোন্না হায—"কবিগী মাগা অসুক তোঙ্বাৎ খদানবিবনা নুপীমচা! নশানসু মখওজবৱনিকো। নও অসি পওইদকো।"

মতাং অসিদা নোংমগী থোৗদোক নীংশিংলকই–নোংমা মকপ খবগা মাযাপুব যেংবা চৎলুসি চাওনবিঔদা ইচে তাম্বীসু কদায-দগীনা তাবত্না ঐদোন্দা হাযরৈ—"ঐবুসু পুবিযুকো ইবেম্মা।"

"যৈ কৈদোগা ইচে।" খুম্মী।

অবোক্না হাযখি,—"কবিগীনা মাবু অমুক কোনশিল্লুবিবা?"

"নত্র, অবোক—ঐদি মাবু যাম্না নুংশি"

"চঙইবনা?" কনল্লতনা হাযখি।

মসিনা মসি ওইরে। ঐসু মহাক চাওইনা কুইরে যওনা খওনা চৎলাগ তৌবদা থাদোকপা যাদবা থবক অমা পাযশিল্লতনা পুংখায অমুকপু ওইবিগদ্রো চওনা ওনখিদে। ঐনা চঙখিবা মতমদা ঐগী ইমুংগী অঙ্গংবা নৈপাক নথক্লবা মখুভা মান খাঙহনা হিপত্নবা ঐবু চাইবি। ঐন উত্তনা মামান তৌত্তনা খিল্লদগী পোষ্ট কাড অমা পুথোরকত্নবা ঐদোন্দা পীরগা হাযরকই "মসিগী জবাব অমত্তং ইবিদবা যাদে ইরম্মা।"

ঐনা মিকুপ্তা চিঠি অত্থু পাহ্নবা যেংলে, থাঙ্গোশেংবা নুংশি মপাউনি। কযাদা থম্মোয শোকন হুংশিবনা মাগী হুংশিবীবু কৌজবিবা—"মণিপুরদা থোরকলে।" ঐসু ঐগী খওনাংবা অত্থু খাম্না ওমজ্জহনা হংলুরে—'ইবকলিবা অসি কনানো ইচে?"

.. মাগী মমিং তোমচা কৌই হায। মতম অমদা ইচেতোম্বীগী মরূপ অমসুং থম্মোইগী মী ওইবম্মী। মাগী মহাক্তবতগী মবুঙশিংগী মযমদা চৈ কযা চাখিবা, ইকাযবা কযা নংশকপগী ৱাবী শাবা হৌবক্লে। মনাযদগী অশাংবা চৈফম অমসু উৎলি। মাগী নহা ওইবাঙৈগী পুন্সীদা জগোয শাতুনা চাবকই। মতম অডুগী ৱা নীংশিংনুবদা হৌজিক ফাওবা মশক মচু নাইদ্রবা অৱাবা অমনা মাবু তংতনা অৱাবা পীবি। মতম অদুদা মাগী মনা কযা লৈবম্বা, মকপনা কযা অমা শেলনা কযা তাবম্বা। অডুবু মতম অদা হৌখ্রে। হৌজিক্তি কদায শকলান কযা পুথাক্লনসু কনানসু মাদু যেংবিনাংদ্রে। ৱাখল অসি ইচেতোম্বী মশাদি থাজনাংদে অডুগা হায়সু হায়নাংদে . অদুদা এনা মাগী ৱাবী তাবগা খডবা ওম্মী—ইচেতোম্বা হৌজিক্তি থাযনগী হন্থমাননি। .. তোমচা মশুংলাংগী মবুঙশিংগা কযানবসু কুইবক্লে। তানজা যংলদুনা তোমচা মশাসু মনায লৈখ্রে। হৌজিক্তি নাম্নান লৈকহৌদা হুপী নযুমদা যাংই ইন্দুনা হুংড্রাই যাইফনা লৈ হাযবা, তশংবা পাউদি হর্নদুনা ইচেতোম্বানা হংলুদে। মতম অডুগী ৱা নংশিংলবদা হৌজিকতা থোকপা থোদাক্লম থম্মায বাযগাদৌবী—অডুবু পুম্নমক হৌদ্রে, মতম কুইবক্লে।

মণিপুরগী লাইনক চাংহেনবা হুনিংনি ইংশাক ১৯৫২গী মে থাগী ১০নি হুবা হুনিং হুন্দ্রে। হুনিং ৭।৮ নি বাং-খাং চাইদ্রে, কৈথেল লৈদ্রে, মহবসু লোংখনদ্রে চাকখ্রে।

কনানা কদোমদা চোনখিবা, কনানা করি ওইখ্রবা অততাযমক নত্রবদি কনানস্থ হংনদে। মী পূন্নমক মাগী মাগী তাংজফম ফবা লৱাই থৱাইদা চোন্নখি।

মতম অহুদা ইচেতোম্বীনা ৱাখিবা কবিবু কবি হাযগনি। তঙায়ফদবা তানজা ওইখ্রহুনা কাযনখ্রবা মবুঙশিংগী মনাক তান্না চঙজফম নিবা চৎলগে পূক্ষীং লেপখবে। অহুবু চৎলুবা মতমদদি যুম থাদোক্লুনা লোইনা চৎনবয়ে। ইনাক কৈরাক খুনবা মীগী যুম শঙহৌবশিংদা হংবদস্থ মবুঙশিংগী থোঙগুন তাকপা ঙমখিদে।

নীংবা কাযহুনা হন্নকই অমস্থং মশক খঙনদবা মা খবগী মতুং ইন্দুনা অনকপা লৱাই অমদা ইচেতোম্বীস্থ লান চোনবা যাওখি। হুমিৎ কযানিমকম চেংপাক চিনি চাহুনা লেল্লাক্লু, লিংজেন খাবী ওইবনা মীঙোন্দগী নিবস্থ ইকায, হেনজিন্নবস্থ হৈনদ।

ৱানা ৱানা মতম খব থাঙলকলে। খব লৈবগা মী খব নবদ্বাপতা চৎকদৌবি হাযবা ঙাজবহুনা মাস্থ চংলগে হায়না লেপখি। চৎকদৌবিবা পাখং অমদা হাযজৈ, "ইবুঙো, ঐবুস্থ খব পুবিযু। নখোযদা কবিমতা যেৎলোই।"

শকহেনবা পাখং অহুনা "যনহুম ফবে" খন্দুনা পুগে হাযনা যাবিখি।

নবদ্বীপ যৌববা তুংদা শকহেনবা অসিগা লোযননা অনৌবা মহুম শাজবা হৌবক্লে। অৱাবা কোঙ্গাযস্থ লেল্লকপগুম তৌবে। ময়ামদা মচিন মপুৱা থোকনৈ অস্থন্না শন্দোকখি অহুবু কনা অমনা থাজৈ, কনা অমনা থাজদে। মহুনবু কবি তৌবনি?

মীগী মীনোক্তি মহাক কৈদৌমুংদা নাুংলক্তি। অপুন্না নুংঙায়না মতম লেপ্লিঙৈদা থঙহৈদনা নোংমা কুইনা উথিদ্রবা তোনচা লাক্পুনা মশক উৎলরে। গঙ্গা চৎপদা নোংমা কোক হেক থেংনরে, হংলকই "নঙদি কমদৌবি ?" কাউনথ্রবা মুংনি মৈচাক তন্না অমুক চাকথৎলকই। মুংনি নুংঙনগী ৱারী বযা শানববা অমসুং ৎইনবা কযা বোকনরবা তুংদা তোমচানা হায়বকই, "চৎলসি মণিপুরদা। অমুক হন্না নঙবু লায়না তৌববোই।"

"চৎপবুদি চৎসি অতুদা নুপী অহুনা ........।"

"হেরা। মাবুদি খাইনবমলবনি। মাগী নঙগা পাবা যাববা ? মাদি মরায়না মযুম পানজখিনি। নঙদা চৎলসিনে।"

মতম্না খুযৌনখিবনে ইচেতোম্বীদো খুমফম খঙখিদরে। অমত্রামদা করম্না শকহৈনবা অতুবু হুন্দোক্লুনা চৎকনি ? অতুগা কবম্নসু তোমচাবু নীংবা কাযহনগনি। মশংলাংদগীনি নবদ্বীপ যৌবকলিবসিসু। হায়বকই, "ফবে।"

"অতু ওইরবদি হন্দক্তি লল্লানপোৎ পৌবা কলিকাতাদা লাকপনি। নঙবু হৌজিনক পুবদি যায হায়ববু খুদোং থবা চাদবা তারে। শোয়দনা থা অমগী মনুংদা অমুক হল্লকখিগনি মতুদা নঙবু পুহুনা চৎকে। হৌজিক্তি নহাক কদায়দা লৈবি ?"

"ঐবো ? ঐ অসুৱাযদা যুম অমদা লৈ।"

"হোবেন লাক্কে য়াগদ্রা ?"

"যাবোই। এনা লৈরিবা মযম অদো কোল্লুপ মতামনি।

মুপা নহা কয়া চঙহন্দ। মখোয়গী ফিরোন খবা শাবি খোৎপী তৌবগা ঐস্মু লৈরিবনি।"

"হৌজিক্তি ফি শাত্নবা চাউ হাযনা তমথ্রবাইরে।" হায়া অসি ইচেতোম্বীগী থম্মোযদা মফম চানা পাল্লম্মী। খঙহৌদনা মাগী পুন্সীগী বসন্ত নীংশিংলকই। ঙসিগা কযাদা খেন্নখ্রবা।

তোমচাম্মু মফম অদুদা চঙবা যাদ যাদনাল্লে অসুম্না খল্লদুনা কবিস্মু মথা ভাবমদনা অতুম চৎখরে।

ইচেতোম্বাদি? তইং অদো মিংবী ককপা অমতা উইশিনবা যাখিদে। হৌখিবা পুন্সীগী অরাবা অমসুং মুংডাইবা তৌবৈ কযা থেংনবকপগী রাবু ঙসিত ইনৌ নৌনা নীংশিংলকই। মহৌশাদগী মশাগীদমক রাখপ খনজবা মী নত্তে। খনবস্মু খন্নীংদবনি অদুবু নংশিংনুবা মতমদদি "ঐ ইতোমঙনিকে।" হাযবা খাংদেদবা রাখলনা তংতনা অরাবা পীবি। ওস্থারস্মু হাঙইদা মহাক্কী ভাইনংপাল। পুন্নমক অসিগী মথক্তা মাগী মুংডাইতবা অমনা শকহেনবা অসিবু মহাক্না থাজবা ডমলক্লে। নোংমা নো মগী মতৌ অমা তৌশিল্লকলে। ঙসি ৭/৫ নি অসিস্মু য়াম্না থেংনা হনজিল্লকই। অদুক যেঙনা মহাক্না মপান্দা কবিবু তৌরুবা কনানা খঙগনি? ঙসিস্মু থেঙনা হল্লকলগা হাযবকই, "ইচে ঐদি অসিদা লৈবা যারোইদোরে। যুম্মুনা কযা লৈহন্নীংদনা তৌই।"

"কবিগী? ঐদি নগী রা অসি তাদ্রিনা।"

"নঙ মুপীনবু করি তৌগনি। হয়েংদগীদি ঐ মথম অমদা লৈরুবা তাবে।"

"ঐদি ?"

"নঙদি অসিদা অসুম লৈবা হাযবতুনিদনা।" হাযবম্নগা অমুক থোকখ্রে। অহৌং অদো মতোমতা লেল্লী।

* * * *

মসিনী মাগী পুন্সীগী লমায অমনা। চহী অমা ফাখবে। চহী অনী লাল্লক্ক'দাবে। যনা যাম্নদি কাউশিল্লকাল মৈচাকসু। চৈনাখোল যংমল্লহুনা মথাদা চৈনাখোল ফাওজিল্লক'ত্রে। মুমিৎ যুংবা মতমদা লৱাযগী লম্বীদা মপু ভূমখ্রবা শলগাউীনা কাইদ ক ইদ চৎপগুম মাগী পুন্সীগী শাদোংনা তনদ মানদে থেথবি। মবক অসিদা কদাযদগীনো তোমচাগী চিঠি অসি থুংলবে। মাগী ৱাবী তাবা লোইববা তুংদা ঐনা হংই, "কবি হায়না ইযুগে ইচে ?"

"ঐদি কনানা খঙগনি, ইবেম্মনা থোকপা হেক্কা ইবিযু।"

"হাযমা ইচে. নঙগী চিঠিবু ঐনা কবম্না জবাব তৌগনি ? নঙনা হাযনীংবা মথৈ হাযবো, অতুদগী ঐ ইগে।"

* * * *

ঐদি মাবু উখিদবা কুইখ্রে, মাগী ৱা কাউবু কাউকবে। অতুবু মাদি ঐখোয়গী ইনাক্তা ইনক নম্না লৈবনি। কবি তৌহ্না কবম লেল্লিবা ঐহাক্না থোইনা হংলুবা তৌদে। ফনা কুইরবা

তুংদা নোংমা ইচেতোম্বীগা ঐগা উন্নৈ। বাঙ্গালীদোনা শাড়ী মপাল অমুবা চনবা অমা শেৎলি, মরাযবক্তা সিন্দুর নম্মী। ঐনা হংই "খর মুংঙাইবিববা ইচে?"

ঙসি মথন্নায় যান্না হবাউনা উই, খুমলকই "ঐশু নোংমতা কোইথোরক্কে তৌজরমলিবনি। ঐশু ইমুং মুংঙাইজদ্রে। অমা অমগী মনাক্তা চৎতুনা ফমলুগদবস্থ তৌনীংদে। নোংমম্থ ইবেম্মা উনজগে হাযত্নুনা লাকচবম্মী, ইবেম্মদি লৈবমদে কলিকতা লেঙখি হায়।"

"ফৈ কৈদোংগে ইতং তত্তুনা লাকপস্থ যায।"

"অহ্নগা ইবেম্মা থাযনগী তোমচা অত্থুনা চিঠি অমস্থ পীবকই।"

অমুক তোমচাগী চিঠি। ইচেতোম্বীনা ঐবু থিরম্নগী মরম খঙলে।

"নহাল ইবেম্মনা ইথিবা জবাব অত্থুস্থ থাজহৌদ্রেনে। হন্দক্তি অমতং হনসিবা হাযত্নুনা খল্লি। থাযনা ঐখোযগী অবোক্পা হাযথিবা ন্না অমস্থ লৈ, মীগী ন্নাগী জবাব হন্দবসে হযেং মপোক্তা না পঙই হায়—ইবেম্মনা শংলবদি নোংমা ইচে লাকচগে অমুক্তা ইবিখো।"

"এঃ কবির্গী, ঐনা শোযদনা ইগনি ইচে, অত্থুদা ঐ ন্না অমতং যান্না হংনীংলে অসিদা লৈবা অসিবু মুংঙাইবিবিরা? মণিপুবদহ্নম চৎতুনা মুঙাইনা লৈকবনা ফৈ। হায়'শাবা হায়ব-ত্থনি আদনা খরা থিং নফগনিকো।"

"মচু য়াম্না চুমই ইবেম্মা! থাঙ্গৈশেংবদি ঐমুক লাইবক থীবা লৈতবনিকো। ইচেগী ইবেম্মা। মীনদি তোম্বী অসে নোক-তুনদা লৈ, হা অদুম তৌই যাম্না মুংঙাযনা লৈ হায়বা মচু নত্তে। নারক য়েকলকপা মতমদা ইয়াদা ঈশিং খুয়া অমতং ইনবিনবা লৈতবনিদো, কবিদা মুংঙাযগনি। মরক মরক্তা ইপূম থিংনা কপচৈ, অদুবু মীনদি খঙবীবা নত্তেদো অদুগা ঐনস্নু মীংঙান্দা ঐগী অৱাবা লীথোকচনীংদে। মণিপুরদসু অদুমঙায় হৌজিক চৎলগা কনাগী মকাদা চংলুগনি?"

"কবিগী? তোমচাদিনা।"

ইচেতোম্বীনা নোক্তুনা হাযবকই "কদাযদগীনোদা। ইবেম্মনা খঙদবননি। ঐনা চঙলুতুনসু মানা মহৌশাগুম কৈদৌমুংদা লুনা তৌববোই। হৌখিবা মতম অদো ঙসি নত্রে। অদুগা হংবা যায, কবিগী চিঠি ইবকলি। শান্নবগুম্বনি। ঐগুম্বীগী পুন্সীদা কবিসু ফংজদ্রবী অমবু ঙগাক্তুং আশা পীতুনা শান্নবনা থম্মোয় চাউবা শকপা কোঙ্গায অমসু লৈবিদো। হৌজিক্তি মাগী লৌনম ঐনা খঙলে। নোংমা মাগী লাংদা থুকই হাযতুনা খঙনা খঙনা হৌজিক অমুক কবিগী চোংশিল্লুফম থোকপগে ইবেম্মা? মানা ফাগি শান্নতুনা ইবকলগা ঐসু মতুগী চপ চানা জবাব হনবিগনি। মাতুগবু লৈমিন্নবা হেক য়াববা? মীনসু মুংঙাযবোই ঐনসু মুংঙাযবাই। ঐখোযগী মবমদা ইবেম্মনা করি খঙবা ঙমগনি। মসি পূম্নমক অসে ঐখোয়দদি করিসু লৈতে। পুন্সীসিসু থম্মোয়সু লৈকংলা ওইববনি। পুন্সীগী থৌদোক

অমতনস্থু থন্নায় শোকহনবা ওমলরোই। কান্নবা ন্না নংতেদা ইবেম্মা। ইবেম্মখোয়দি অফবতা ফংদ্রনো, নীংথিনতা উত্থনা লাকলে অত্থগী মথক্তা লাইবক ফবিনীদো।”

মসিগী মতুংদা ঐগী করি খুমফম লৈবি? মথা তাবমদনা হুংশামপী হোন্দুনা হল্লকলে। খঙহৌদনা হৌবকফম খঙদবা লৈচিন নোংফাইনা ঐগী থম্মোয কুপখবে। মসিগী অবোইবনা কদায়দনো? বাহং অমতং ঐগী ন্নাববা থম্মোযনা হংলকই—
“ওসিগী তাইবংপাল অসিবু হুংঙাযবিদরা? ঐবু লাইবক ফবিরা?”

---

# কনাগী মরালনো ?

নিংথম থা চঙলকলে। চীংযা তময়া খুনযা অপুম্বা অমুনবা মহয় মবোংনা নাপু ইমান মান'খ্রে। তাবমদাই কৌবৌ মছেক্রা ঙমজবমখৈ অমুক্তুং যৈহনা তমযাদা খেঙ্গোং লাংহনবা মতমনি। দৃশ্য অপুম্বা অমগা অমগা চুশিন্নৈ। লানস্থ লোই'ব, প্লেন মখোলস্থ তাখিদ্রে। মিলিটারীগী হুরাস্থ লমজাঙদা তোয়না চৎলক্তবে।

ন্থনিদাংব্রাইবমনি। লৱাইগী লৌবুক্কা তাইনবা ইস্থোলগী যুম অনথক্তনি। মৌ নহা মচানি, মশম হাইগৎপা কুইদ্রি মশাই প্রোপ প্রোপ তাবি। মহাক্না মাগী ইমুং মনুংগী থবক ইনথাং লোইবহনা ম'খাঙ মথুং তক তক হামদোক্লগা চাকখুম ঈশিং অশেংবা শোক্কে মতানি। কোম্বোং মযাবোমদা লৈবা পুখ্রিদা সনাবুল মচা অমা পাযজবহনা থোবকই। থোংগ্রাদা ফমলহনা মখোঙ হান্না হান্না খল্লি "ইম্ফাল হাযবহুবু ঐবু লৈবা মফংলবোইদ্রা? লানস্থ লোইবে হোংগৎসি হায়বসিমতদি নোংমতা পনবা লৈখিদরে। মী অয়াম্বদি ঙম্না হোংগৎনখ্রে।"

ঙসিগী লৌবুক্কী ফজবসিদি হাযনিঙাই লৈতে। নোংমাইজিঙস্থ মমায় নোংচুপ ওল্লকলহনা লৌবুক্কী চুমলবা মহয় মবোংনা পৃথ্বী মাতাব্ খুকমজবা যেংমিন্নখিসি হায়বগী নাওংনি, কৌবৌ-হনবদা মোমোন নোকচবি। দৃশ্য মতা অসিনরস্থ মহাক্কী

মপুরক্সীংদা মণ্ডল মণ্ডল খল্লমাল্লে। থম্মোয় মরাঙ হৌবি। "ঙসিদি কনাগী হেক হল্লকপগা মহাযরগে, চাক ঈশিংস্নু ঙস্তানা থোংদোকলগে" অস্নুন্না খল্লহুনা সনাবুল অহু ঈশিং শোক্লে। মকোক্তা থোনগৎকে হায়না হেক ভৌবদা থোঙ্গাল হাংদোকপা মখোল তায। হন্না যেংথোকখিবদা একাগাড়ী পায়বা মুপা অমা কোম্থোং হাংদোক্লুনা চঙলকপা উবে। হরাওবা মায়-থোংগী মোমোন নোকপা মীনোক্কা লোযননা হাযবকই "বজণী! ঐখোয় যান্না থুনা ইম্ফালদা হোংগৎপা তারে। নপোৎ নচৈ লোইশন খোমজিনবা হৌবা যাবে।"

মহাকনা নীংজবগ্না বাহুমক তন্না লাক্লুনা হাযববদা বজণী হরাওদনীংঙাই কবি লৈ? খুম্ফম লাকফম খওদ্রহুনা মুংঙাইবনা থল্লবা মাযথোংহুনা হাযফংতং নোকচৈ মপূংদি যাদনা খজিক্লুং য়েংজরগা হংলকই "অঙইববন?"

"নঙোন্দা ঐনা ডাঙবা পূন্নমকসিবু লোইনা ফাগিনী খল্লবরনে?" স্নুন্না খুমলগা যেংন যেংন, নোর নোর, অনীমক ইমুং চঙখ্রে।

রজণী ঙসিদি মাযথাং মকা লাম্মী। কবিগীনো ঙসি রজণীনা থোইদোক হেন্দোরা হবাওরিবা? অমবোমদা মহাকসি ময়ুম পাল্লবস্নু মশা অঙাং ওইবি অহুগী মথক্তা মহাক্কা পোকপদগী ঙসি যাওবা ইম্ফাল মশক উজদ্রিবীনি। পূন্নমক অসিগীস্নু মথক্তা মাগী লাইরিক লাইগু হৈববা, ইনাক কৈবাক খুল্লবা, মশক নভৌ যজরবা হীরম খুদিংদা চঙখোল্লবা মপুরোইবগা

থৌ অমম্বা ফাজিনবুরু বগীগী মপুরোইদা হৌজিক অাজেন শক্লনবা। মতম কুইনা অসিগুম্বা অরাবা হুংজাইতবা অদো নিংদায়না থাংনা মুদয়না থম্বা ডুম্শিল্লকগ্রে। নোংমদি অরা হুংজাইতবনা থম্মোয় কাথবনা বজীন থাম্ম উম্বা হায় "অা লানম্ব চাবে হুংজুক হুংজাওহনবা নংগী মথেম্বা মাযথাং পুত্তনা নৈবন্নিবা থৌ অমম্বা ফাজিনরবু। করি হৌবগে? করম্বা অরাধন তাবগে? অৈচান্দা তাবগীবা যাবাইদ্রা? এহাকস্তু ইরাওবগী মতৌমসি উবদা যাননা হুংজাইজদ্রে।"

রাজর্ষিং অসি তাবনা শাউনবা থুরকই "হুংজাইরগা নপান চংলাদন।"

অসিগুম্বা অথাকপা পাউখুমসি তাবনা বজীগী অচেনবা খিনিদা তিনখিনম্মী। মচাক্কা হুংশিজবদা মপুবাইবগী অসিগুম্বা পাউখুম যঙ্গনি হায়বদি মচাক বড়ঙযাও লুপমদ। অচেইবনক মখোয় খিজন-লুবদি মচাক্কী পাউখুম অসি বজবীগী বাহংগী চন চাবা পাউখুম নতে। মহাক্ক গুইতনস্থ বজীনা থম্মী 'কবগুম্বা হুংজাইতবা থবক অমা তৌবহুনা তাইনযম লৈতহনা এচান্দা তাইনবিবনি" অস্থম্না থঞ্জবনা মচাক্কা পূকনু মতোমতনা অমুক ফাজিজব-হনা মতম লেল্লম্মী। মমিং অদো হৌখ্রে।

নোংঙাল্লে। মিকুপ খুদিং পুংজা খুদিং হৌখিহনা হুমিদাং ওইরে। মমিং খুদিংগী বজীগী মপুবাইনা পুং তবাদা হেক হেক হনজিল্লকপনি। ডসিদি কবি তৌবননা খড়ক্রে পুং ১১ (তবামাপোই) তাবযাও হনজিল্লকত্রে। থেংলবা ফাওবদা

হনজিল্লকত্রবা কবি তেৰবনা হায়দনা বজী চিংনবা পোক্ল। চাক ঈশিং পূমনক মখোয়গী বাদা থাংজিল্দুনা থমগা মাগী খুদাগী ফম্মুংদা মথাও য়াম্থনা খবাং মখুং শোহ্নুনা রাখপ তেনা ঙাইরি। ঈমংগী ফক্লাংদা থেংলিবা ঘড়ী নোংযাইগী পুংজা যৈবক্ল। তাঞ্জা শজনক্লদা থাও হাংদাকউ হংযনা মপান্দগী দং দং থীল্লকই। বজীনা হোৎনংত্নুনা থোও হাংদাকই। হংজৈ অস্নুক থেঙনবইনদি কবি তেৌব ?'

"অও অদা খঙদ ঙনাং নত্রা গ্রনা নঙবু নপাম চৎলা হায়বদা। অদগা হৌজিক ফাওবা নঙনা চত্তনা লৈবনলিবা হাসনা কবিগীদ ? নংগী মান হান্না হীখা।" হায়না বাম্না শাউনা খুমকই।

'বঙীনা যাম্না থেঙখিবা তাব চাক অসি চাথোকপগা অমনি অমনি হাবনা ঙাঙনসি।"

"হা যাম্না ঙাঙগন্নু বজী' চৈ চাগনি নঙগী নশক উবনা চাক চানীংবদি হায়কগদ্র হ তাবং খাব।"

রাহু ভাবনা বজী 'তাযনা খঙদ্র অমুক্তা হন্না হযজৈ "চাক অসি অমুক্তা চাথোকখিসি।"

"মানা চানীংদে হায়ববনক্লদা অমুকস্নু—চানাংদোয়, চানাং-দেয়ে, চানাংদোয়, হৌজিক ফাওবা নপাম চংলমদ্রিববু কবিগীনা।" হায়বগা ফা যা কামহ্নুনা থোনা যাম্না ফবা মুপা অমাগুমনা বজীদা হোংচিনখ্রে। অফংবা চৈ অমা পায়বত্নুনা বজীবু থীনা ফুবিবে। ঙসগী থোদোক অসি মশুং মমান্নবগী মযমদা ওই

বমলবদি স্নুপা মচা থোকই থোনা ফৈ হায়না থাগৎনমগদবনি অতুবু মতুমক্তি থোকখিদবে। নবাযবক থীবা বজণী গহীংগা ওইবানে, মী খ্বাইস্নু তুম্ন তিপ্নখিবা মতম থোকপনা খামবীনস্নু লৈত চৈনাখোল অদা তুমিন্না খাওত্না লৈনমী। থীনা ফুবি-মনখ্রহন্না কাইনথংদা মীওইবনিনা মহাকস্নু যাম্না ফংডাইবকত্রে। ওহাক তুমিন লৈবগা ‘অস্নুরাইদা লাও” হায়না কৌশিল্লী।

বজণী মনাক্তা চওশিন্দুনা লেপ্প। তুমিন তুমিন লৈনৈ। ওহাক লৈবগা বজণীনা মতক মতক ওইবা ব্রাহ্মনা হায়বকই, “নহালৈডদা বযানা ঐনা হায়জনা। সি থোকনি খত্তজহনা। ঐদি লৱায চন্নুনি। শাগে জাং অফবগী মচা নওস্নু নচ্চদ। লাঙ্গব চুতৎনবনা পালেমগী লাইবক থীবনা নমোননি। অতগা ইবুংঙোনা ইম্ফালদা পোকপনি, ইনাক খুনননি, লাইবিক হৈবান শকহনবনি। মতাক চাদ তৌবিগন্নু হায়জনা পান্দা যানিখিদে। মতমহুদ ব্রাশকপীখিবা হেজিকস্নু কাউজদ্রি। ইম্ফালদা হোংগল।। লাইবিক তৈবা শকহনবাশিং উবনা নাংঙম্মাই হায়জনা কান্দস্নু খুম্নাখি— ঐদি লাইবিক হৈবা স্নুপীতবু স্নুপীনি খন্দ, মশক মতৌ ফজবা কনাবুস্নু নাংলুদ, ঐগী হায়নবু নওনা লোইববনি। ঈচলবু হঙ্গংনা চেনবা হৌনববা বজণী। ঐসে নওগী লেওবোই-দবা পুন্সাগী মরূপনি খল্লু। ঐগী পূকচেল কৈদোন্নংদা হোংলোই-দবনি। অস্নুন্না ব্রাশকপীহনা অপওবা ঐহাকপু থাজহননীখি। ঐনা অডাং ওইবিউদা তাখি লাইবিক তৈবা স্নুপাদি পূকচেল চাউই, লমচং ফজৈ, মবন ওকই, স্নুপীবু লুনা তৌই। মসি

পূন্নকপু থাজবগদগী ইহৎঙোবু এগী ইতৌক ইপা চায চাদ থল্লুদনা হুংশিজনই। মহ্ পূন্নমক হেঞ্জিক্কি হৌখ্রে। অহুগী মথক্তা ঐহাকসি অহল লমন্না যানা লুহোংলকপা। নত্তে হাযবহুস্তু ইনুংঙোদি বাউবিবমাল্লে। ঐগীদি হাযজবিবাসনি ইবুংঙোনা খিনবাদ্রিমখৈ ইখোঙনা থোংনা ইপাম চৎচবা ঙম্মাই।”

বজণীনা হাযজবিবসিদি অচুম্বা ঙাক্কনি। কবি পাউখুম পীনীং-ঙাই লৈবি’ বজণীগী থোইদোকপা মরাল লৈতে। মহাকস্তু খঙদবা নত্তে। অহুব বজণীগী মপুবোইবা ইবাচৌবগী কুমগী ঈশিং ঈচাগী অচাওবা ঈচেলগুম চেস্তবকপা ঈচলদি কনানস্তু থিংবা ঙমখিদে। অগাকপা পালন পন্থোমকস্তু থিংবা ঙমদে। বজণীবস্তু অহন লমনগী পন্থিং কয়া নমথাযহনা লৌখিবনি। পাঙলবা, লরায নিংঙোলস্তু ওইববা ইম্ফালগী চৎন-ঈবাং খঙদবা বজণীনা কবন্না মপুবোইবগী পূরিংগী ঈচেল খিংবা ঙমগনি?

ইবাচৌবা রা, নচৎ অমতা ঙাওদে। লাইবিক ফমস্তু হৈসন্থ দুর্ধি লক্ষাস্তু লৈমন্থু অচুম্বগী থোঙদা লাল্লবা ইবোচৌ বাবুনা কবি পাউখুম পীড়না বজণীগী পূক্লাং পেলহনগনি।

ঙহাক তুনিন তুমিন লৈনববা তুংদা বজণীনা অমুক্ক হন্না হাযবকই, “আসন্থম্বা থোদোকসি থোক্কনি হাযবা ঐহাকস্তু খঙজে। মীনা মুশুক মুশুক ঙাওনবা তাবে লাইবিক হৈবা মুগী অমা লৌগদৌবে। যাম্না ফবা ৱানি। কবি অকাযবা লৈবগে, খুদোং চাগদবা যেংহুনা তৌবিযু। ঐগীদি থোকলবা হায়বহুনি।

অত্তা। ঐবু ইপাম চংশু। হায়না তাকপীববদি য়ুম ফাওবতদি ইবুংগোনা থিনবীনা তাব।”

অচুম্বতা ঙাওনবা অত্তদদি ইবোংচোবাদা অমুক্কা হেন্না পাউগুম পীনিংঙাই লৈদ্রে তুমিন লৈবতনা অসেনন খল্লে। হন্দক্কী মতাং অসিদদি নোংশাগুম ঙংলক্লনা অবংবা চৈ পাযক্লনা ফুকবনসু জবাব ওইনা যারোইদোব হাযবসি শল্লক্লনা কবিগুমবা অমত্তা থুম্না লৈখিবদ। তুমিন লৈবতনা ফাওবা খল্লমাল্লে।

বজ্জীনা খনখি—লাইবিক হৈনা বিঃ এ, এম এঃ পুন্নক মহাকক্তৌনা তৌরিগদ্রা? মহাক তাখিবদি লাইবক হৈবা মপাদি মপীবু যান্না লুনা তৌই অহুন্না। অহিত্তা হাবাচোবা দৌনা মপা কুপ্পমগদ্রা? বজ্জীগী রাখনবু কবয়া চুপ্পদ হায়বনি? পোকপদগী লাইবিক হৈবা থেংনজবনত্রিবা বজ্জীন। মহাকনা থেংনবনা মহাকনা খঞ্জবনবা রাখনবু ওন্ন-তৌনহল্লবদা কননসু অবানবনি খল্লাই।

মমিং কযানি মরুন হৌখ্রে। নহাকগী থেংদোক হত্তুদগী হৌবক্লনা বজ্জীবু মহাকশাগুম লুনা মুংশিনা তৌবা। হবাও হবাও লৈমিন্নবি। চানমক্কা মথল্লাই যাওনা চান্না তৌবিব্রা? মপুরুংবা অতৎপা লৈতনা খল্লি “কবম তৌবগা বজ্জীবু মপামদা খিনবা য়াগদগে?” বজ্জীদি হরাওবম্মী মপুবোইবনা মাবু থীনা তৌবিদ্রে, থাজৈশেংবা মাবু লুনা তৌবদি মপাম চংলু যানবনি। থীনা তৌববদি অপও থোনা ওইনা বজ্জীদি মপাম চংলু যারোই-দৌরি। মসিমসু ইবোংচোবনা মুন্না খওই।

মতম থবগী মতংদদি থোৎদোক পুম্নমক অসে নোংম নোংমগী ওইনা কাউশিল্লক্রে। ইবোচৌবনা ইনফি ফজবা, ফুরিৎ ফি অনৌ অনৌবা, খুজিনচিংবা মতমগা চুনবা পোৎ বজাগীনক লৈবাবকই। মহৌশানা তুপী অডাংদি হায়বিবা পোংশকশিংসি উবগা অৱাবা কাউখি হবাও মথাই কায। বজাদস্ত অতুমডাই। ইবাচৌনা লাং শাকইবনি হায়বত্তুদি মহাক খডদ। নোমদি মহাক্না হায় "বজণী। লানস্ত লোইবে। ইনাগ্নবা পূমননক ২ ডম্না লাইবক তথা চৎনখ্রে। ঐস্ত এনং ১০ অসিতদি পবগা থাদোকখা চুনবা খল্লে। পাজিনস্ত তমখ্খা হায়দি। ঐগী ২৫ ২০ পবক্ষ থাদ্রবাগ্রবতদি মহাক অপোকখায়দা নৈবমখা হায়বৰু..... ।"

"যে কৈদৌবগে, লাইবিক তম্বগীদমক্ত ওইনবদি লৈকগে।" বডীনা খুম্মী।

চৌ অনাবাম চেৎখ্রবা তুংদা ইবাচৌবা এনং ২৫ পাস তৌইনা মখিনগা থোবকলে। বজণী মানবদা নৈহনস্থ মপু-বোইবগী পাউ লেবা তংবা নত্তে। থোবকপ্ল হাযবা পাউ তাবা ফন কুইবে অত্তবু নোংমতস্থ "বজণী। ঐ লাক্রে চৎলসি" হায়বা অসিতদি হায়বা মবিখিদ্রে। বজীনা খল্লি—ওসি নম্ৰবস্থ হযেংদি শোরদনা লাক্কনি। অত্তবু ওসি কযা হৌখ্রে তুনিং কযা হৌখ্রে। বজণীগী নীংজবগী লন ওইবিবা মপুবাইবা লাকখিদবে। পুন্সীগী মৈবানা বজণীগী মফমদা ডাল্লদবে। মুংখিবা তাববা পুন্সীসিমগী চিংনবক্লে বজণীগী থম্মোয়না। ইবোচৌবনা কলিকতা

চৎলমদাইদা হা।নম্মী "ঐনা হেক নৌবন্ত্রিনখৈ নও ইম্ফাল চৎপা যাদেকে!" হবম্না রাজমসিস্নু থংকাউ কাউখোক্কনি। অমখোমদা খল্লুবনস্ন মপ্পখাইবগা নোযনদ্রবদি ইম্ফাল বানীংদ। খোবাংনা ইরোংচোবা লাকপা ডাইত্তুনা লৈবা তাখিবম্মী।

নোংমদি বজ্ঞীনা মগুগী রাবু নীংশিংলুত্তুনা চিন্তানা নাংখি-জবী মাযথাংদ্রবু লৈত্তেং, মাঙ্গালগী উথাকতন্দা ডোবত্তুনা ফি ওাম্নবা শান্নুক অমা মাডদা থাবগা যিদি লোন্দনা যমত্তুনা লৈবম্মী। মতমদা ত্নংথিল ন্নুমিদাংবাইনি। থাগ্নবা নোংনায-জাংগী চাংদান্দা মনিং বুপতনা যেংলি। ত্নমিংত্নগী পুকনীং ত্নবা দুশ্চমা তৌথিবা মতম অমুক হল্লকপগুম বজ্ঞীগী থম্মায মবাও তৌরল্ল। তৌথিবা মতমগী থোদোক কযা নীংশিংবগী পাবংদা মথং মথং হৌরগনা লাক্লি। মহাক নথাং বাবকপগী লমযোনা পুঠাং ত্নবিদ্রে, লৈবাংনা খুবুন চদ্ন শাবকগী খোই-বাংনবা খোইমুনা চবাংনবা মতমদা থেনা যনা খোইম্ন শঙ্কন লৌশিবা ইরোংচোবগা লৈনবকপা মবা, ন্নুংশিনবক॥ নতাং নতাং চিৎথনা লৈতনা নাংশিংলকলি। অম্নুন্না রাখন্দা ত্নংডাহাবিই ডাঞ্জা তাসদা খুম্মোন্নবী মন্দোল অমনা কৈথেনা কাকবগী নপোং অত্ন দাবিবান্দা থনমগা। বজ্ঞীগী মনাক্তা লাবমগুনা "বজ্ঞী। নখাযগী অডাং ইবুংডোদ্রবু দেশতগী থোবকনবা?" হাযনা তথিং তথিংনা হংলম্মী।

অং, থোবকলে হায।

কম্না কুইবে?

থা মবি মঙাৰোম অত্তম শুবম্বা যাবে।

হায়বিসিবু খক লাক লাকত্রন?

লাক্কে।

ইদোন্না পাউ অমা তাবকই মত্তু তমনোংমনখ্রত্নুনা ।

বজীনা যম্না খঙনাংনা মন্দোলগী ৱা ঙাইঙমদনা

"কবিনোনে ইন্দোন?"

"সেবা, সিনিমা, ঐনাম্নম কৈথল কুমলকপদা লুহোংবগীনি হায়ত্নুনা পোংচৈনা যামনা পৃবিবা। যিবকনা পবেং পবেং যামখ্র। যামখ্র মশিংবকা থীবা লাকপা ঙম্বা নত্ত। মীনা মা যামখ্রিবা। মথকলোমদা ক্সন কাখংখি। ঐনা কনাগী লুহোংবগীনা হংদা এমং এং ইবাচৌবগীনি হায়বম্মী। অত্তুদা হদোন্না নখোযগী ইবুংঙোত্বুবা হায়ত্নুনা খঙনগ্নুনা হংবনি।"

বজীনা চৎনা অমস্তং চিংননা 'ঐদি তাদনা।"

"নঙনা তাদ্রবদি ঙইবমদবস্তু যাই, ঙইবনগদ্রা হায়না হুংঙাইতত্নুনা হংবনি" হায়বমলগা চৎখ্র।

মন্দোল চংখ্রবা তুংদা বজীগী পৃকংত্তু চিংনবা খিবিকনা তিনখ্র। মতোমতা মঙল মঙল খল্লকই। "অঙইববু ঙইবি-গদ্রা? ইবাচৌবনা মাগী ৱাশক থুগাইত্নুনা অতোপপা নুপী অমা লুহোংলমগদ্রা? ঙইথোক্কবা ৱানি।" বজীনা মহাকপু হন্দোক্লমলগা অতোপ্পা নুপী অমগা মাগী মপুবোইবনা লুহোং-খিগনি হায়বসি থাজবা ঙমদে। কযাগী মতীক ইবোচৌববু মহাকনা থাজবনো? অদুবু মন্দোলগী ৱানা চঙখোনমনখিবনা

অমুকস্নু হন্না খল্লকই "অঙইনবু ঙই বিগদ্র'ন? মহাক্না বা'নক্রম্বা মতুং ইন্নলর্বাদি হেক দেশতগী থুংলবগা ঐগীদা হাননা লাকখম থোকপনি। খা মবি মঙা'রাম ফাজিল্লা'ক্ল গোংমতস্নু লা'ক্ত। অহুনদি 'গোই'বাইদনা: পাউ অনা লৌবনা চুনব্রা?" হায়না খল্লে।

তৌজিক্তি বজণীগী চিংননা কো'ক্ল। অ'শংবা পাউ ফংলে। ইবোচৌবা অনৌবা নুপী অমগা লু'তাংলমলে। মঙজবম্বা মঙ, নীংজবম্বা পূম্বা অবেম্বদা ত'ববদা বজণীনা থম্মোয শোক্লা খনখি —লাই'বিক লাইশু হৈবা বিং এঃ এমঃ এঃ সিদি পূক'চল লে'প্তু, তৌবিমল খঙদে, ঙাঙ'থাকখিবা রাশক ঙাক্তে, থাজবা যাদে। নুমিৎ অহুদগী হৌবহুনা বজণীনা লাইবিক হৈবা নুপাবু থাজখিদ্রে।

---

# মৈতৈ নুজ্জা

নোংজু থাগী অহৈং অমদা চাং নাইনা চুরবা নোংগী মখোল্লা শুনম্বনা ইমুং অতুগী মপু মনাইশু, অঙাংশু অহলশু পোইনা তুম-খুন হুনবা মতমনি। নুমিৎ অদা প্রকৃতিগী ভাঙ্জবা হবাঙজবদ মহানি। নোকপগী চিংখংপা ওনজাদ্র, কনাগীসু খল্লুদে। অরাবা নুংঙাইবা মঙান্দদি অমত্তবা ?

মনিঙ কাগী কাচিপ অমদা মেংংলধা ফমুং অমদা মী পুন্ন-মকতগী খ্বাইদগী তোলপবা নুপী অমদি মতামত ফবং ফবং হাইহুন। অনাবা খাঙপ। মাগী মিববা খোঙ্জেলনা অনাবগী মৈচাক খাঙবা অদা মহোশা লাইবনবীগী নুংঙাইবগী খোঙ্জেল ঈথকনা নমহংখি। কনানু তাবিগনি মাগী খোঙ্জেল।

থম্মোয যুকপা নুংশা পী অমগা লোয়ননা হাযবকই :—

"ওন্থোকপনি। নুপা নচগা উনজবমদ্রবদি এবু অশুক রাবোই-দবনিবো। অদুদগী নাংশিংলক্লে মাগী পুন্সগী অধ্যায। অসিগুম্বা নোংজুথাগী মুমদাংবাই অমনি। নুমিৎনা মযুম হেক চঙখিবগা নোংসু হবাও হবাও হেক চুথবকই। নোং তানা তানা মচাগী কবোক লৈবা কোনথাং যমবাগী পোংফম তাননা থোবকই। মশাদা মফি যাওদ। খুদৈ অঙাঙবা অমা মবোক্তা কুপলি। লরাইগী লমবেলনি, নোংজুথাগা ওইবনে লৈখোম থোকপসু মহা ওইনা থোকখ্রে। "ক্রিং—ক্রিং—" "হাইমা গাডী অমা লাক্লে" থৈদোবই। মানা থৈদোক গা গাডী অহুসু পৈদোকই।

অমুম্না থৌদাক থৈজিন তৌনরে। নুপা অদা ছাটিনগা কবিগা হাইথদনা তুখরে। থবো শংবীস্থ ইকাযবতুনা হন্না যেংলমদনা পোংফম তান্না চঙখিহুনা “ইমাযপস্মা তকলনগনিদা” হায়বগা নোক্কুনা “পেশা মতেক অমগী অসি কথা তৌই” হায়বগা পোং লৈবদা পূক্কীং চঙখি।

গাডীগা কবিগা লোযননা তুখিনা নুপা অতুনা অচৌংপা ফিনা কুপলনা মাগী নংথিজনা নপুং ফাবনা হকচাং অতুদা হাইফেং যেংলগা গাডী তোংখৎতুনা চংখ্রে।

ছহী অনীবাম শুবকাল নবাশংবনা খাইনবক্কুনা মচানীপা চহী মঙাবাম শুনা অনগা মনুংগী মনাক্তা লৈ। মা যানদনা ইমুংনি। মনা অতোনবানা মনাও লেকপানা অনগা মমা মচাগা মখায মরি লৈ। মনুংবুদি মনা ওইনা থানবা যাদ্রে। মতম অযাম্বদা নুপী মযুমদনা নম্না লৈ। লৈনা থাইবা অয়-অনং মগা মচানা তানতুনা হোংনবা। অচিকপা লল্লায অতুদা ঈংনা পানবা পুন্সীদা বিম্লগী মতম শুম অনৌবা মূর্তি অমা ফাওবক্কে।

নহালগী নুপা অদা মবক মবক্তা পোংফম ফম্বীগীদ ফমতুনা লৈবা উই। থবোনা পোংফম থোকপদা রা অমনাস্থ ঙাঙলকই। অতুদগী থোঙ্গাল, শুমাঙ, মাঙ্গোল যেংবক্কে। মনাও লৈশাবী অতুনা হিদাক হান্দুনা পী। ফম্বা মখৈ ফম্লগা চংখি।

নুপা অদো মমাতোনগা য়াম্না খঙননস্থ তৌই। নোংমদি মখোয়গী শন মপী মচাদু হোইবতুনা নুপা অদু কোনথোংদা

চঙলকপে মমাতোন্দা হায়বকই, "ইনে শন মপীমচা অসি অা—
অা যৌনা চংলমলে। ঐগা থেংনজনা পুবকলিবনি।"

"ফবদা ইয়া লৈজবা হায়ববু। মাঙ্গোলদা হেক্তা পুল্লম্মু।"

থবানা মনাও লৈশাবী অতুদা খুজিন্না শিকতুনা ফাগি
তৌতুনা হায় "নঙগী হবে অসি ওন্থোক্লা মবম ওকখ্রদা।"

"হবে। ঐগীবনে অসিবো, নোকচনীংলদা।"

মী পুন্ননক খঙনবে নুপা অসিনা লাকলিবা অসি থবো
মশুংলাংগী ন। ইকাইবগা শাওনীংবগা যান্নখ্রে। থানস্থ ফনা
হায়, নোংঙানবগা যোং শুবে। মাগী হাদবা, মবম ওকপা
উবদা মমাতোনগী পূর্বাংস্তু নোংম নোংমগী যাজিনখিতুনা "নহানি
কৈদোগে, তৌজসন্ন" হায়না নীংখ্রে।

মবুং লাকলে। থবা মিন্থন যাওখিদ্রে। "ইমাইপেম্মা!
তাদ খঙলবদি কমদৌনি, অাচ্চা লাইমস্তু মমায পানদেদা
নুপাসিদে।" অকোনবগী ব্রাহ্য অসি মহাকপু তাহন্না লাউনা
হায়।

মানা ইমুং মন্নুং অমতা ওইবগী মতৌ তৌবা অতু উবদা
পূর্ণশিংনা হংই "কনানো অসিদ।" মমানা কবিনো অমা
লোল্লপনা মবুংদা হায়। শোইদে থবোগী ব্রা ওইবমগনি।

"কবি লমদগীনো অঙাং নঙদি?" পূর্ণসিংনা হংলকই।

"ননাই ঐহাকপু ওইববরা?"

"মানি।"

"ননাই ঐহাক ব্রাংজিং অসিদা লৈজে।"

"অসিদা লৈ হায়বা। ঐখোযদি খঙদনা। কয়ূমনা ?"

"ননাই ঐহাক ক্ষেত্রিমযুমনি। ঐখাযগী খুডাশিং অমস্তু শ্রীগোবিন্দগী হুহান কাজবি। ঐবুস্তু হুহান ওইযু শ্রীগোবিন্দগী সেবা যংজো হাযহুনা ননাই খুডানা য়ায়া তৌবস্মী। অহুদা লশোন ইতিকনা খব পামজহুনা · বুইজদ্রি অসিদা হোংলকপা। খুডা তোনজাউখোযগীদা লৈজরি।

*    *    *    *    *

থবাদা নোংমা মবুংনা চংহায ওইনা হায "থবা! কান্নবোই নঙনা তৌবিবসি। মফম মবাঙ খঙদবা মাতা অসিদা।"

থবোনা শাউহুনা 'কনানা খঙজবগনে। ইকাইবা নাইদহুনা চঙজববলগা। ভাদনা খবা তৌবিদ্রবদি। ঐস্তু লৈকাই মশাঙদা ইকাযজব।"

প্রেমান্না পাঙ্গনা ফনা হায কান্নবমদে নূংদা ঈশিং চাইনগুম্বনি। হাযন হাযজিল্লুবগা মঙক্তা মথি যেংহুনা মবুংদা হায "ঐগীদি অসি মঙাইব কৃপা তৌবিয়ু।" থবানা ইকাই ইকি হুন্দাক্লুনা ইমুংদগী চোংথোবকই "মাযথাবা! গাডাশণ! মশাযবু পান্দমাল্লেনে। তাদগী মমাঙদা শিবনবু ফবে, ঐবু কবি হাযগদগে ?" হায না মমায খুমহুনা কপ্পা।

মবুংনা স্নুপা অহুদা হাযবকই "ইচন্না যাদবনিনা কান্নদে চংলো। মতুং মনাও খক চঙলক্কনু। লয়াইগা ইম্ফালগা হাযবসে ঈশিংগা থাউগা তিন্নবগুম্বনি। কান্নবোই।" হায়বম্নগা চংখ্রে।

মুমিৎ তা'ব। খেঙলক'ল। অংযাংগা মাঙ্গোল উখোক-তেন্দা ঙাহুনা নুংগী মুত্তিগুম্না ফনহুনা মচি লেঙদনা লৈবম্মা। থরোনা শুমজিং পুথোক্লুনা অনীবব শুবে ব্রাইশিংখিবা অহু ফাওবা নুংগী মুত্তিগুম্না মুত্তি ওইনা অহম মবেবে।

*　　*　　*　　*

থবোনা পোৎফম ফগীগী মনাক্তা পোং লৈবা থোবকপদা তাহল অংনা হাযবকই 'কবি খল্লিবগা থবো নঙবো ?'

"কবি খল্লিবগে হাযবদি ?"

"—ইহ : নঙ অসিদি ওন্থাকনা ভাব তাখিন্দ্রদা। মুপা অসিনা তৌবিবা অসি ঐখোযদি যেংবা ঙমজদ্রে, নঙগী না'তাগা।"

"কদাইদগীনাদা ইম্মান অঙাংনে কবিনে হৌজিকপু। তোন্থ কান্নবাই হায়বিযু। ঐদি কৈদোন্থংদস্থ মাঙান্দা লৈবাইদবনি। এনা ইচা অসিবু থুংশিবিবা মখৈ নাবুদি থুংশিবা ঙমলোই। অঙাং অসি থুংশিবকত্রবা মতমদা হাযবককে হাযবিযু।"

'এনা হেন্না হাযবিবনিনে থবো। হাযদবোইকা নীংলুন্থ। অহুগা মুপা অসে মবুক্তি শেংঙিনহায। মানবু হেন্না খঙই। নচা অসে মচাদোনা যোকচগে, হৌজিকপু মীগী মমাঙদা শিবনা ফরে হাযবিনে।" নোক্লুনা "ঙকত্রনে অসিবো।"

থবোনা খুমলকই "লৈপুঙনা শণ শারগা মো খোংবা হৌনদে। অরেম্বনি ইম্মান। ঐ অমুক মিংচৎ থীজনাংদ্র, মুপামচাগী মপাগী হাক্তক্তস্থ কয়ানো বা থোকখিবা। পামদবা মীদা লৈবা হাযবসে মপোকসিমগী তৌজবোই।"

"হোইনে — অঙবুদি — অহৌদ ।"

থবানা থুনা হায়বকই, "মাই মাই, পামজদ্রে। কদাইদগীনো অমত্তগী হাক্তকতা মানা ইশানস্থ যাদনা চিংবা মখৈ চিংলগা পাজিংখোয তাদখোয় লাকপগা ইখোঙ পায়দে হায়বদা খাকপনি মানা হায়জবা। ঐস্থ কদাইনা ইঙ্খাংখোয খ্বাইনা ফৈ হায়বহৌদা ইশানা যাবনি হায়না খুমলুবদগী হৌজিক তৌবিবা অসিনিদো, ইঙ্খান্না হেন্না খঙলিবহৌনি। মীন্নংশি হায়বসে মপোকসিমগী খঙজবরোই পেনজবে। তাদনস্থ যাদে। থেঙথ্র চংলগে" হায়হৌনা হৌগংলে।

হন্থবী অংনা হায়বকই "অহৌবু অবেপ্পা অমতদি হায়যূ কৌদোগে। মখোযদি ইম্ফালগী মীনিদা। নখোয ঐখোযনা লৱাই অসিদা পঙথৌ তৌবগা মান্নবা যাববা ?

"অরেপ্পা হায়বনু হায়বিবা অসিনি মাগী ইম্ফাল হুংঙাইবা অহৌদা লৈজ লাকচকপা ঙমজরোই। অবেম্বনি হেঞ্জিনদ্রিবৈ অসেদা হন্দোকনবনা ফগদমাল্লে।"

হায়না নঙবু কবিনি হায়হৌনা মানা ইম্ফালদা পুজকনি। সত্য অসিদা ইঙ্খোল লৈগেয। তৌঙম্বা মীনি নঙ ঐগুম্বা মী নত্তে।"

"তৌঙম্মী ঙমদে হায়বদি মানা তৌবিবা অসিনা খঙহৌনা লৈবে। ওকচাব, পেনজবে তৌঙম্বা মাযথাবদো" হায়বমলগা শাউহৌনা হৌগংতুনা চংখি।

অস্থুম তৌনা চহী অমা ওনখিবা খঙহৌদে। থবোগী থম্মোইবু পেংহনবা ঙমদবে। অহৌবু স্থপা অদো হান্নগী মতৌগুম · · ।

নুমিৎ অদো থা শিবমদাই ওইহনা থেঙনা থা থোবকনি। মবুংনা লাকপা মতমদা মাঙ্গোলগী উখোক্রন্দা ঙাহনা থরানা যমহনা লৈবনী। পূংলবা উনাগী মবক মনক্তা লিংখোবকপা থাবলগী মঙাল্লা মাগী মমাযদা য়েবী। নুংশিংনা অমুক অমুক শিংলকপদা মঙাল অদো অমুক মগশিল্লী অমুক ঙানথোকই। থাবল মঙাল খজিক্কুং তভুদা মবুংনা থ বাবু উকনব হায়বকই, “কৈদোবি নঙদি। অসিদা।” থবানা খুমদনব। মবুংনা যনথবগা লোল্লপনা হংলকই “ইনানা তোম্বীগা খংনবগা? থবা, কৈনা হায়যুনে।”

পূর্ণসিংনা মমানা পীকনা হুন্দোকলম্বা থবাবু যাম্না নুংশিরম্মী। মচলগী আশাদা মতম কযাগী নুংঙাইবগী ভাব শাজবম্বা অদে নোংনা আশা পূন্নমক মক যংনা নাঙঙ্গমনগা ঙনখি। অহুবু মনাবু নীংশিং নুবদা মচলগ শাউনা ঙাখিদ মব যবক থীবগী মচলবু হেন্না হেন্না নুংশিবা নংনা। ঙসাইনথৈ কপলনবন্দোনা হায়বকই “ইনমখোযগীদা ঐবুস্থ পুবিরো তাদ। ঐ ইমুং অসিদা মীকুপ অমতা লৈজনীংদ্রে। নঙনদি তোয়না লাক্তবনিনা খঙবা।” হায়হনা হীক হাক কপ্লে। অমুক হায়বকই “ইকাইবা নাইদবা মায়থাবা অসিনা তৌরিবসে নঙনদি খঙদ্রিবা। নখায়না হাযবা ইন্দহনা ঐনা হৌজিক তৌবিবা অসিনী। ঐবু অসিদগী পুবিরো নত্রগা…… .. . ।”

“ইমাদি?”

“লৈ ইমুংদা। যেংনুচো চঙহনা ইমুংদা তোবিবসি।”

অমম্বা অহুদা মবুংনা শাউহুনা মমায় ঙাঙবা অদো উদ্রবস্থু থাংখিবা খোঙথাও অহুনা শাউরে, যাম্না শাউরে হায়বা থরোনা খঙ্গলে ;

ইমুংদা চঙলকলগা পূর্ণসিংনা উরে ফুঙ্গানাক্তা মমাতোম্বীনা মোইথাপ নাইবি, মুপা অহুনা মতুং ওম্বোক্লুনা কবিনো অমা তৌহুনা ফমলি। পূর্ণসিংনা হায়রকই "ইমা। ইচলনা য়াদবা থবক্তা হাক্লস্থু খুৎ থিংজিনবিগনু। ঐ যানীংদে মরাযবক থীরবী ইচলনিঁ।" মুপা অহুদা হাযবকই "ইবুংঙো নঙনা তৌরিবা অসি করম তৌগে হাযবিবনো? উশিগ্রিবা হাযবা অহুবা নত্রগা সহরগী কাইদা হাযবা অহুবা? হায়যু হাযযু অহুক তুমিননা লৈবদি য়ারোই। সহবগী মী যান্না তিন্নবে মপোক মপোক খুদিংদা মখোযবু থাজবোইদবনি। শেংনা হাযযু নীংথিনা হায়রিডৈদা য়াত্রবদি খুৎ থোক্লবকপা তাবে।"

মুপা অহুনা ইতপ তপ্না হাযবকই "অহোই, খঙজরে অতৈবু থাজবিদ্রবস্থু ঐবুদি থাজবিযু, কৃপা তৌবিযু। মমা মচামক ঐ পুজখ্রগে। ঐগীদি অসি মঙায়বে।" মুপা অহুনদি ইতপ তপ্না লৈরবা অহুদা শাউহুনা চঙলকপা পূর্ণসিং গতি লৈত্রে। ঙহাক লৈরগা কৌরকই "থরোশংবী, থরো।"

থরো চঙলকলে। মবুংনা হাযরবই "ঐগী মাঙ অসিদা ঙাঙনবো অবেপ্পা অমা। কবিমতা হঙ্গোইগনু। ঐ অরেপ্পা অমা তৌরমলগে।"

মুপা অতুনা হায়রকই "ইবেম্মা! যনা মকুইজরক্লবনি ঐনা ভাইজরক্লিবা রাখল তৌবিবা য়ারে। করি খনবিরিবগে?"

"ঐদি ওম্মোইয়ে, মমাওভৈদসু হাযখ্রে হৌজিকসু হায়রিবা অসিনী। ইকাইবা খরা খওনসি। কান্নরোই চৎলো চৎলো মোনে, মো ঐসে।"

"মতুমু খওজে। মৌনি, লৈশাবীনি রাখল খনবা মতম হেন্দোকখ্রবা ঐনি। চৎলসি ইবেম্মা, অঙাংগীদমক খনবিরিবা অদো খনবিকুগনু ঐনা যোক্কনি।" হায়দুনা হৌগত্তুনা খরোগী মখুৎ পাযরে। খরোনা কম্থোক্তুনা "চবোদা কদাযদগী করমবা মুপানো?"

মবুংনা হাযবকই "অতো ইচলনা যাদে হায়বা অরেপপা খওলবনিনা খবক তৌবা তাবে মপান্দা থোকলসি" হায়দুনা হৌগৎলে। মুপা অতুদি হান্নগী মতৌগুম অতুম লেপ্তুনা লৈবে।

মমাতোন্না মুংশা থীবদুনা হাযবকই "করিনো পূর্ণসিং নওনা তৌরিবা অসিবো ......।"

পূর্ণসিংনা "ইমা নযা ওইনীংলগা নচা লৈশাবী অদু পীবু ঐগী ইচলবু শেম্বদি য়াবোই—। লাক্লো থোকলসি ইবুংঙো" হায়রগা মখুৎ চিংদুনা পুখবে। ইমুংদা খবোগা মমাগা কিবদুনা অমগা অমগা য়েংনদুনা লৈহৌই।

মপান্দা তুপ দাপ ইন্নবা মখোল তারে। মবুংনা অরোইবা মীচৈনা চৈবতা মতায় অমতুগী মখোলদি করিমতা তাব লৈতে। মরক মরক্তা "ভৌবিম্মু, ঐগীদি অসি মঙায়রে" হায়বা নত্তনা।

পূর্ণসিংনা খন্দুনা চংখি ঙসি মহাক্ন তৌরম্বা থংক অসিনা অবোইবনি ; অমুক হন্না মুপা অদো লাক্লরেই থরো ঙংনা পানজবনি।

…… থা মথায অমবোম মুপা অদো মশক উখিদরে। থবো মুংঙাইজবে। খল্লী "লাক্লবোইদনাল্লে, ফরেনে, ফবে।" অহুন্নদি খল্লগী মবুংনা ত্তানখিবা মুমিত্তা মহাক্না হাযবম্বা ব্রাশিং অদো নীংশিংলি। থৌদোক অদো হেজিক্ত। থোকখিবগুম নীংশিংবগা নিংদোল তীং তীং চোংই। অমুক খল্লি "ঙকাখ্রদকো মুপাদা চহী ওমুক মানা ঐবু নৈবম্বা অদো, ঙকাখ্রদা মানা ঐবু ওন্থোকম্ম পামজখ্রবোইদা……।"

অহুদগী—। মতম খবগী মতুংদা মূর্ত্তি অদো অমুক ফাওববলে। হান্নগী মতাংগুম তৌদ্রবম্ম লোননা লোননা নোংমা ফাদোক মমাতোনগা রাবী শাবগা চংখি। থবাদা মিংচিনা ফাওবা যেংলমদে। থবোনা ফবদা হায়না নংই অহুবু থাম্মায়গী কাচিলদা 'পবাজয' ওইববা মীগুন্না ইকাই মুংশি যান্নরম্মী।

মনাও লৈশাবী থম্বালনা হায "ইচ ঙসিদি যৌখর শুবিবম্মু। ঐখোযগী পেনা ঙসিদগী হৌগদৌবি। কো ইচে।"

মুমিদাংব্রাই থবো শুমাও মতোনদা ফৌ শুবি? মমাম্মু লৈতে। মচাম্মু শান্নখি।

মতম অসিমক্তদা মুপা অদো চঙলকলে। থরোনা উনা উনা উশিননদে। মাম্মু মাঙানদা য়েংলমদনা ইমুংদা চঙখল্লে।

অমুক থোরক্লগা মাগী মনাকতা লেপতুনা হংলকই "ইনেবু কদাইদা চৎথিবগে ?"

থরোনা খুম্বীদরে। মানা অমুক হায়বকই "ইবেম্মদনি ঐনা হংজরিবা অসে।"

"কৈথেল চৎখিমাল্লে।"

মুপা অহু যমথবে হায়রকই 'ইবেম্মগী থম্মোয অসে ওন-থোকনা কনখ্রেদা, করি লাইনবু শাবনো ?"

থরোনা "থবক লৈত্রবদি তাদ চৎলো।"

মুপা অহুনা মুংশা মপী হোন্দুনা ঙহাক লৈবগা হায়দকই "চৎলনি ইবেম্মা। চৎত্রিঙগী মমাঙদা রা অমতদি হায়জখিগে। অঙইবা খুম্বীযু অতুগা মপাক অসিমগীম্ম ইশক অসি উচবরবোই, লরায় অসি নত্রবদি ঐগী লৈফম লৈতবোইম্মু নাংবিগনু। কনা-গীদমকনো ? অশুক কুইববা অসি ইবেম্মাদা ইচিননা অমুকতা রা অসিগুমবা হায়দবনি। ঐবু মুংশিবিত্রবম্মু ঐগী ইমায় অমুক্তদি য়েংবিসু। মরূপ মপাঙ অশুক য়াম্বা অসিগী মমাঙদা ফর ফত্রবম্মু জাৎকি মচানি হায়বগা ঐবু চংশাৎ হাৎপসিদদি তৌবিমু। ঐদি ইঙথোল অমা লৈগে হায়তুনম্মু ঙাঙনজরে ইবেম্মা ইম্ফালদা চৎনীংদে হায়বি হায়বা অতুদ। অসি য়োববা অসিদা অমুক্তদি থম্বীয়ু কৈদোগে। ঐদি বাশকপদি কয়া শকচনীংদে অহুবু শ্রীগোবিন্দগী চরণনা সাক্ষী ওইগনি অসি যৌরবা অসিদা ইপা ইপুগী গুণ ঙাক্তবা হৌরদে। নোংমতা-

ঐগীনি হায়বিবগা ইখোল অসিশু মুপামচাগী মমিংদা পানজ-রমগে। ঐ ব্রাংজিং অসিদা অমুক মায় ওনজরকলরোই…।"

থরোনা য়াম্মা শাউনা "ইমাইপেম্মা করিম্নুংগীনে৷ ঐনা ত্তৌরিবসিবো। হিদাক লৈত্রেদনা তৌরিবা অসিদে।"

মুপা অদো ওসিদি মমায় ডাওই। হোৌগৎলে "ঐ চৎচরগে ইবেম্মদা য়ামনা নৈজরমলে ঐনা পঙবা মরম্না। ব্রারৌবিগনু।" হায়রমলগা চৎখ্রে।

মাগী থাজদবা অহুনা থরোম্নু খঙহোৌদনা মমায় ডাওই মুংশা থী, থল্লী "ঐনা হায়করিবা অসিবু লাল্লবরা ?" লোল্লপনা শোল্লকই "অস্নুক থীখ্রবা শক অসিদা করি লৈহুনা অস্নুককী মতীক পামলিবা।"

মুপা অদো তারমাল্লে মমায় ওস্থোবকতুনা লেপলে অহুগা থরোদা মুন্না য়েংই। মিৎয়েং অদো মহৌশা নত্তে অর্থনা থল্লবা মিৎয়েংনি। মচিনবানগী নাকপ অনী অদো খর খর লেঙই, করিগুম্বা অমা হায়দি হায়নীংলগা হাযবা ঙমদবগুম। থরোনা মুপা অহুদা হঙ্গৎনা য়েংবা ঙমদরে। ঙহাক লেপ্লম্লগা চৎখরে। থরো ফমথৈ ফোঙদোকপা ঙমদবা কবিনে৷ অমনা নম্থরকই। মচা মুপা অহুনা চেল্লকতুনা "ইমা। তাবালুনিনা কাঙব্জে শাবিম্ন ম্রাদেদো— ।" মমানা খুমদহুনা তুমিম্না লৈরে। ঙকলহুনা অঙাং অহুনা ঙহাক মমাবু মুন্না য়েংলগা মমাগী অবাবদো থঙক-শুমনা মমাগী মনংগনদা মমায় লোৎতুনা কোন্দুনা লৈরে।

থরোনা "মুপামচা— !" হায়দুনা মচাবু চেৎনা কোন্দুনা চুপ্পী, অদুগা মমিৎতদি মপিনা থল্লি। অঙাং অদুস্তু মমাগী মথবাক্তা মমায় লোৎতুনা কপ্পী। থম্মোয়গী অৱাবা অদো মচাদা ফোঙদোক্তুনা হায়রকই "মুপামচা নঙবু ইমানা থাদোক-লোই, করম্না থাদোক্কনি।" হায়রগা মখোল থোক্না কপ্লে। অঙাং অদুস্তু মমানা কপ্পা অদুদা মখোল থোক্না ৱা ৱা কপ্লে। মাগী মরায়বক্তা ওস্তোকপা তমথিরবা অৱাবনা ঙাইদুনা লৈরে হায়বা অদুদি খঙখিদে।

* * * *

নোংজুথা অমুক লাক্লে। মুমিদাংনি মনাও লৈশাবী থম্বালগা অঙাংগা তুমখবে। থরোনা মমাগী মনাক্তা ফমদুনা লং লংলি। মুংদাং অথেংব, মতমনি মমাগী তৗরং মখোলদো যান্না মুংশিনা তারি। থোঙ গে হাংদুনা কনানো মুপা অমা চংলক্লে, থরোনা "কনানো অমা লাক্লে ইমা।" হন্না যেংখিবদা মুপা অদো ওই-রম্লে। মমানা হাযরকই "কবিনো কুলো অম্তুক থেঙবদা নফি নরোলস্তু ইচোৎ চোৎনা। লাও মৈনাক্তা ফম্লো। কদাইদগীনো তৌবক্লিবা অসিবো।"

কুলো—"ঐ ছুজিক্তা ইম্ফালদগী থবক অমগী লাকচবনি। খুড়াখোয়গী যুমস্তু থোঙ লোল্লম্লে কনা অমত্তা লৈরমদে।"

"মখোয় শোবাত অমগী ইমুং ছুপ্পা চংখিবনি। চাকতি চারকলত্রা ?" হংই থম্বাল নমানা।

"চাজন্ত্রি, চাত্রবস্তু য়ারগনি।"

"অহুদি থ'বা চাক চখাম্মুক্কং থোংলুচো। পাওনবা মুম তৌবসি কুনো। সে সে হৌগংলা। মী অমা অহীং চুম্বা করম্বা চরা হেন্দুনা লৈগনি। চংলো হৌগংলোনে নওগী নতৌ অসিদি ঐদি ওকচৈ। খিক্তি হাকমনখ্রেদহায।"

থ'বানা মমাতোন্দা খানা যেংশম্লগা চাকখুমদা চঙখ্রে। মতম থেঙজিল্লক্লে। মমাতোনস্তু "নখোযনা থোকপা অহুম তৌহৌবো" হায়বম্লগা ফমুংদা চঙহনা হিপখ্রে। কু'লানা ফুঙ্গানাকতা মখু পুন্দুনা মরু লুকথহনা ফম্লি। নোংস্তু হাংখবে কৌজেং হাবৌনা ঙমজবা খোম্থাংদা খোংলি। চাক লোইরহনা থ'বানা হাযরকই "চাক লোইবে চাবরো।"

কুলোনা হৌগংলক্কুনা ফম্ল'ব। রা ম'চং অমতা ঙাওনদে, পোদোন অ'দা মৈবা চাউনা ইনখৎতুনা থ'বানা মনাকতা ফমলবে। মুপা অহুনা মুন্ন ওহাক্কং 'থ'পা। মুংপা মপী হোন্দুনা হাযবকই "তাদ নওনা তৌবিবসি অবেম্বনিদকো।" ঙসিগী খোম্থোক অসি অশাউবগী খোম্থোক নত্তে। মুপা অহুনা খুমদনা য়াবমখৈ মরু লুকথহনা চাক চাবি। থবোনা অমুক হাযবকই "অবেম্বনি ঐদি যুম পাল্লোইনে। লাকহু খক। নওনা অম্মুম লাক্লগা ঐস্তু পূক্লাং অসি মওল মওল থল্লি। পোখাফম থওদে। ইচা অসিনা লৈবিবা মখৈ নওনা থল্লিবা রাখল অদো কাননদবা অবেমবনি। মতুং মনাও থক লাককন্নু ঐবু হেনবা লৈশাবী ইম্ফালদা যাম্না ফংগনি। ঐদি তুমননিদো। ঐবু লৌবগা তাদখোযগী অহল লমন চেম্থনবনি।

কুলোদো শুকথুম থুমখিদবে, চাক হুকপা তোজুনা তুমিন্না মরু লুকথত্তুনা লৈরে। থরোনা হায়বকই "কবি হাপখোগে? মুংদাং অসিদা মফম মরাঙ খঙদ্রে ঐস্থু।"

কুলোনা তপ্না হায়রকই "ইবেম্মা ঙসিতা খঙলি ঐ অসি মায় পানদবা ইকাইবা নাইদবা মীনি হায়বা অতুগা ঐনা তৌবিবা অসি অরেমবনি হায়বা। ইবেম্মনা খনবিরিবা অদো অচুমবনি। তঙাং অসি য়োকত্তুনা নীংবা থুংনা মুংঙাইনা পানবিহৌ। ব্রা খঙদবা হায়বদো ঐ ঙইখ্রে। অত্তগা নহা-নিদো ইবেম্মস্থু করিগুম্বা মতমদা থুম পানবগী ব্রাখল লাকলবস্থু ঐঙোনদা তাকপীবকউ ইবেম্মবু পোত্তুনা লাইবক ফবা অত্তগী থুমদা থিনজগে।" ঙহাক লৈরগা "হুঁ ওকলে ঐ চংচবগে" হায়ত্তুনা মচিন তেংত্তুনা মফি হোংলক্লে। থবোনা নুংগী মতৌগুম লেঙদনা হান্নগী মফম অত্তুদা ফমত্তুনা পৈবা। মহাক্না মখোঙ খোঙকাপ অমা অনী থাংখ্রবা মতম অত্তুদা হায়বকই "অস্থুক থেঙবা অসিদা কনাগীদা লেকউগনি?"

"ইম্ফাল তান্না হেক্তা চংচখ্রগে।"

"ঙসিদি অসিদা লেকখরো, মুংঙাইতবা পূন্নমক কাউনবসি। হয়েংদগী শক উৎনরগন্নুসি।"

কুলানা অমুক চঙলকত্তুনা ফমখরে। থরোস্থু মোন অমা পীরম্লগা থমুংদা চঙত্তুনা তুমখরে। অহীং নোংশোইবা থরো অনৌবা ব্রাখসন' তূম্বা য়ারমদে। মঙল মঙল খল্লী মচা অত্তুদা অমুক য়েংই। অত্তুদগী মপি তাবগী অরোইবা নাইরমদে। থেঙল

থেঙলগা ৱাখ নগী শাংবস্থ হেনগংলক্লি। কাংখল মনুংদগী মুন্না য়েংই মুপা অদো তূমখ্রবরা হায়নো। তূমখরে। মরক মরক্কা কাণ্ড চিকতুনা ফরং ফবং হাইরকই। থরোনা তপ্না হৌগংখ্রে মাগী ফিঙাইরুক্কা লুনা পাযূনা থমজরবা ফিথুপ খুদিংগী লৈহাউ লৈরেন্না মচু শ লবা ফিহুপ অহু লৌথোকতুনা মুপা অহুদা তপ্না তপ্না ইপোম নাইদনা কুপথবিরুরে।

মুপা অদো মুংঙাইনা তুম্লি।

* * * *

ইকাইবা হায়বা পোং অসে সভ্য সমাজদনা খিং হেনগং মাল্লে। অস্থুক্কা মতীক চাউখংলগা অহুক্কী মতীক ইকাইবগী হীরমস্থ হেনগংলকই। লাঙ্গরবা ইমুংদা ইকাই হায়হুনা মপাল থোক্কহুনা মীগী মিংয়েংগী মরুমদা লৈববদি কবি চাগনি হায়বা ৱাহং অসিস্থ মশানা ফন ফন চোংথোরকই। থবোনা ইকাই হাযহুনস্থ থিহুনা চাবা ইমুংনিনা থিহুনা চাবা তারম্মী। হান্নগী মতৌগুম্না নোম্মী, শূবী পুক থন্নবা।

মাঙ্গোন্দা ফৌমান খব্দুনা থরো লৈ। থোঙ্গান্দা মুপামচা —অা—নীপামচাদি হায়হুনা পাখং অমা চঙলকই। করি হায়রুনি পাখং অদো মাগী মচান্নুপাগী মপা বীরনি। য়াম্না নহা ওইরি থরোগা চহী থোইন হুন্নদে। থরোনা হুন্না য়েংথোকখিবদা উরে। মহৌশাগুম হরাওহুনতা লৈবা শককম অদো ঙসিস্থ অহুমঙাই। মাগী ঙৌরোক ঙৌবা মবায়বক্কা মহৌশাগুম জ্বাই জ্বাই লাউনা চাকাগী শমনা হাইথরকই মহুবু ইভং ততুনা

হাইগৎপা হোংনবি মাবু উবদা থবো পাখংখরে। "ইমাই পেম্মা তাহনবু লাক্লববা ?" খল্লি। খুদক অহুমকতদা মচাগী রাখল খল্লুবদা শাউনা হায়বকই "অঙাং লোবা লাকলিববা ?"

"নত্তে নখোয অনীমকপু লোবা লাক্লিবনি।"

থবো লোম্না মুংশা মপী হোল্লি, "খঙত্রিদনা।"

বীরনা নোক্লহুনা হায়রকই "কুমসি মরাই য়াওখ্রগ অশংবী ঐ নঙনা হায়বতা ইনখ্রগে সতা জুরারকা তমতা শান্নরবোই অহুগা নঙগী খুদোপ অহুস্নু হন্দোক্লবা হোংনরগে ... ...। অবোক কদাইদা লে ?" কিনা য়ামনা লোম্না "ইবাই লৈব্রা ?"

"লৈতে"

মতম অসিদা মমাতোন লাক্লে, মাবু উবদা শাউনা "কবিনা অতো ?" হাযবমলগা ইমুঙদা চঙখ্রে বীবসু মনেমবাককী মতুং ইনহুনা ইমুং চঙখ্রে। থবো মুংশা থীবে। শোযদনা মমানা হাযখিবা তাবে, ঙসাইমখৈদি খঙদবনিনা ফৈদো অঙাং পুগে হায়রবদি কমদৌনি ? ইমুংদা মাগী রা ঙাঙনরি হায়বা তাব্রবসু খঙই। মশা পুম্নমক ইকাইবগা অন্নাবগনা লৈবম খঙদে। ঙহাক লৈবগা থোবকলে, থবোনা খললি মীথোং চাদবনিনা কবিবু তৌবক্কবা তুমিন্না চংখিগনি হায়বদি থাজবা ঙমলমদে। ঙহাক লৈবগা মমায় ইমক মকশিল্লহুনা থোবকলে দারী কুমথখবে। থরোনা শক্তি পুম্নমক খোমজিন্দুনা হায়ববই "অঙাং পুখ্রো।"

"কৈদৌনি পুরুহুনা মপা অমা লৈরেদনা" হায়রম্লগা কোম্থোং য়ৌনা চংখরে। অমুক হনজিল্লকতুনা "অশংবী!"

"করিনো ?"

"ঐ ব্রা অমতদি হায়গে যাগদ্রা ? নংভান্দগী পোং অমতং নিংগে ।"

খঙহৌদনা থরোগী মমিত্তো মপিনা থল্লকই । "অশংবা" হায়না কৌবা তারগা 'থরোগী থম্মোয় কায়গদোই লৈবা ঙমদে । মতম কয়া বারনা ফাগি তৌহনা মমাখোয় ময়ামগী মমাঙদা "ঐনা পাম্বা অসি অশংবা মচুনা মহেক্রা, হয়েংমথৈদি ফেজোমস্থ ফুরিংস্থ অশংবা শঙ্কলনি" হায়বগা মংভান্দা য়েংহনা নোকখিবা অসিনচিংবা ময়াম মথং মথং নীংশিংলকই ।

"ইমাস্থ লৈত্রে ।"

"কৈদৌঙৈ ?"

"সোরাং লোইখ্রে । ইমাস্থ লৈত্রে নওস্থ লৈত্রে ঐ লাইবক য়েথ্রগে । ঐখোয়গী লৈকাইগী মা খব হংচিং করবা চংকদারি নঙগী শেলকা লৈজববা খিংতা পীয়ু নোয়োকতানি কোননা শিংলক্কে ।"

"শণ অত্থক য়াম্বা অহু কদাইদা চংখ্রে ?"

"অমত্তা লৈত্রে ।"

"অত্থক য়াম্বা শণ অহু জুব্রাবদা থাদোকখ্রবা ? ইস । অত্থক য়াম্বা শণ অত্থবু ।"

"থাদে, নঙনা হেক চংখিবগা মথং মথং শিখিহনা লাবা মচা অনীহুগা নঙগী হাতম অহুগতা ভায়হোরে । নঙগী হাতম অহুনা তরুক মখায় শিংখি । অহুগা লাব অনীহুদি হনদক

ইমাগী শোরাৎতা য়োনখি। নঙগী শেল হায়বদু লৈগদ্রা সত্তা ঐ শিংলকনি নুংশা থীগনু।"

থরোনা ইমুংদা চঙখ্রে। অঙাংগুম্বা করিম্ন হৈতবা করিম্ন খঙদবা মাগী মপুরোইবা বীবনা চাক থোংহনা ন্নানা লেল্লীগদবা ফীভম অদে। খল্লুবদা হীক হীক কপ্পী। "শোইদনমক ন্নারহনা মাবু য়েংবিনবা কনা লৈত্রহনা ইকাই ইকি হুঙ্গেন্তুনা ঐবু লোবা লাক্লবনি। ঐনা তৌরুবিবা অসিবু করিনো? ঐনা তৌরিবা অসি লানখ্রেদ· ·" খল্ল খল্লহনা মপি তৈথোকতুনা থোবক্লে।

"সে শিকি মঙাতনি অসিদগী হেনবা লৈত্রে।"

"চৎলগে ফি অমগা লৈরুবা তাবি।"

থবোনা কপ্পা কন্না খাঙহনা "অঙাং লৌরুখিগে য়েংখোদনা।"

"বদাইদা লৈ? হুঁ ফবে! অশংবী অকোনবগী অসিদি ঐদোনা জুরার শান্নদে হায়, যাম্না মরম ওকপ্রা?"

থবোনা খুমদনা তুমিন্না কপ্পী।

বীব চৎখ্রে।

থরোনা "অমুক্তা ঙাইখো" হায়রগা ইমুংদা চঙখ্রে, অহুগা ঙবোং অমা য়োন্নবা শাজবা অহু পুহনা থোরক্লে "সে অসি ইন্নৌ পৈশা অদো মাঙহনগনু থাদোক লাকথোকখিনুকো।" হায়রগা ইমুংদা চঙখরে। মুংদাং হকচাং ওমদে হায়হনা থবো ফমুংদগী হোগৎতরে। কুলোনা চাক থোংই চাও হায়বা য়াদরে।

······কুলোনা ইখোল লয়গনি হায়রম্বা লয়খিদ্রে। শংতপ মচা অমা তপথবগা অঙাংগা মখোয় অহুম লৈ। থা ফনা

য়ামশিল্লকলে, হন্দকী থা অসি শিরগদি থা মাপল হায়রনি। থবক পুন্নমক য়ারিবমথৈ কুলোনা তৌই। থরোবু পোখাহল্লি। কদাইদগীনো খঙদে ফৌগাডী হেক্তা চিংলকই অৱাৎপা লৈতে। লৈকাই মীনা কল্লকনৈ। থরো মরায়বক ফৈ, মবম ওকই মুপা ওইবগীঅসি মঙাইদনা শামান লেংমাম্নবা নত্রবসু। মতীক চাবা মুপানি মথুত্রা হামজনা চারেদো। মতম অদা নিংথমথা চঙলকপা মতমনি। কুলোনা ওল্লপা মুংশা যাইজনা চাক চারি। ওসি ইম্ফাল কারুনি। চাক চানা চানা হায়বকই, "থবা ইম্ফালদা অমুক্তা কাকসি ইমা খুকম্মুসি।"

"মাই, মাই, ইকাইদবোইয়ে, মৌ ঐনা ওমজ-লাকচবোই নঙ অসি ওকখ্রেদা।"

'হায়মা। কৈদৌই হাযবগে। ঐদি ঐখোয় ইমানা ইতোমতা পোকই, মশূ অমা পোক্কদারে তারবদি য়াম্না হরাওজনি।"

"হৌজিক কাওবা তাকত্রিবোইয়ে।"

"কবমনা তাক্কনি? কযাদি কুইরে ঐবু চথোকহনত্রিবা। চৎলুসি ওসি নত্রবসু নোংমা। করে ফবে অঙাং পোক্লগা পূন্না চৎলসি মজনা করনি।"

"মাইদা ইকাইবা নাইদ্রেদা" হাযজনা ইকাইনা নোকই। "কনানো অমা লাক্লে। কোম্হোংদা য়েংউনে।"

যেংথোকখিবদা মুপী অমনা মুপীমচা অমবু মথুং শমলহনা কোনথোং লোমদা চঙলকপা উরে। থরোদি মণক থ;; লৈকাইগী মী ওইরবদি খঙগদবনি। মুপী অহু উবদা কুলোনা

থুনা মচিল তেংহুনা কোম্মোং তান্না থোকখরে. অহুগা মুপী অহুগা ৱারী শাহুনা লমজাও তান্না থোকখিবা থবোনা উহৌই। থ'বাগী ঙকপদা থেংখবে। কবিগী'না কুলোনা অহুক থুনা-কিনা থোকখিহুনা মুপী অহুবু পুহুনা চংখ্রিবা। মুপী অসিনা কনানো? অরাপ্পদা কু'শাগা মুপী অহুগা খংনবা. চিংনবা উবে ৱারোন্দি শেংনা তাদে। থ'বানা মুংশা থী চিংনবা ৱাখলনা। ঙহাক লৈরগা কু'লা চঙলকলে, হল্লকলগা ৱা পূম্নমক মঙোন্দ তমগ-দবোই নীংই তমদহুনা তুমিন্না লৈবা অহুনা থ'বোবু অমুক হেন্না ঙকহন'খ্রে।

থবোনা মুংশা থীনা মনাক্কা চঙহুনা হায়বকই "কনানো মুপী অহুবো, ক'বি হায'বিবনো?"

কুইনা তুমিন্না লৈবগা কু'ল্লানা ইবায লাযনা হায়দোরকই, "ঐনা হান্না 'লোবম্বা মুপীনি।"

"নঙ মহালৈঙেদা মুপী লৈতে হায়বদায।"

"লৈতবগী লৈতে হায়বনি থাইনখ্রবা মুপীবু মুপীবা? শাঙমু ৱা হাযগে ঐগী দশা হাযবহুনি থরো। অঙাং অসিমা য়াওবম-দ্রবদি লায়গদব'নি মাগী চাকথাকমল পীবা তারে অহু নপ্রবদি ৱাযাম থোযামনরা। করি কান্নগনি।"

"নঙনা কৱিগীনো'ন মীনমলিবা। হৌজিক নখুং চল্লদনা অওইবা নশক উংলবোইরে। আচ্ছাঃ নঙবু কৱিনী হায়হুনা ঐনা পামগদো.রিবনো নতু নচা শংবাই অমা লৈবা নঙোন্দা। ইখোল লৈনি হা অহু তৌনি অদা তৌনি লৈরোদনা হৌজিক

বৈদৌরে। নখুৎ চল্লবনিনা করিস্থু তৌবা ঙম্মরোই অসি নত্রগে৷ নঙনা শরূববা ঐ লোইনা থঙই · · ···।”

* * * *

নিংথম থা অমগী মতুংদা নিংথম থা অমা অমুক চঙলক্লে। অশংবা উনা ময়ামস্থু তপ্পা তপ্পা নাপু মাল্লক্লে। অমা অনী কেনবস্থু হৌরক্লে। মতমগী খোঙলৈ মতুং ইন্না প্রকৃতিগী শক-ফমস্থু হোংলকই। তপ্পী, চীংলেম্মী পূক্লীং লূম্বা মতম্নি। থবোগী পুক্লীংস্থু য়াংদরে, অনৌবা মী অমস্থু লাকলে। মানা থৌরি ওইতুনা কুলোনা মপুবোইবনি কবম্না কাযনবা ঙমগনি। নহাল-ঙৈগী ব্রাথলগা ঙসিগা মান্ন'দ। কুলো মতম পূন্নমক্তা লব্রায়দা লৈতে ইন্ফালদা কাথোক কাশিল তৌই। কুম্মকপা খুদিংগী থবোদা হায় “ইন্ফালদা অঙাং পুতুনা অমুক্তা কাব্রসি। ইমানা উনীংই হায।”

তোয়না হাযমল্লবা অহুদা নোংমদি মচা অতোমবা অহু পোবতুনা থবোনা মপুরোইবগা লোয়ননা ইন্ফালদা কারকই। চৎলমদাইদা মচা মুপা অহলদা “নীপামচা কপকস্থু হয়েং নোং হেক ঙানবগা ইনাওস্থু ঐস্থ লোইনা হল্লকনি সে কপকনু” হায়তুনা পৈশা অনী পীবমলগা থোরকই। নীপামচানা খোঙ মকমদা লোৎতুনা কপহৌই। থরোস্ম মুংদি নুংঙাইতে অহুবু হয়েং তন্না হল্লকনিগী ব্রাথলদা মচাবু থেমতুনা থনম্মী।

মুপা মযুম য়ৌরগা থবো পুমঙক ভকখ্রে। মীনা য়ামখ্রিবা মচল মৌ তেঙ্গোল অমা হল্লকতুনা লৈ। কুলোনা হায়বা চুম্মী

মুপা মতোমতা য়াওই। ইম্ফাল য়ৌরগা থরোনা খঙলে কুলোগী মতু য়াম্না লৈ যুমদদি অমতা লৈতে লোইনা খাইনখ্রে। অতুগা মচা মুপা পোকই হায়তুনা থরোবুদি ময়াম অতুনা পংলুত লুনা তৌই। নীংলম্বা অতুগা লুনা তৌবগা লুনা তৌবনা হেল্লম্মা। অতু ওইতুনস্থ থরোনা শুপলৈদা লৈজনীংদে, অফা অপুন্নবদৌনা পোশ্বাফম লৈবমদে।

অহীং অমগীদমক লাকপদগী থা অহুম হৌখরে অতুফাওবদা লৃবায়দা অমুক হনবগী ব্রাদি কুলোনা শুপন পনদবে। চংপগী ব্রা হায়করবস্থ কুলোনা "খব ঙাইখো হেক লাকপগা চংকে হাযববদি মীনা থীনা ঙাওনমি। ঐখোয় অশুবাই অসিদি মতামনি।" চুস্বা মাল্লে ইম্ফালনা লোনচং অমনিদো লৈরক অমা শৈশক অমা, শোরোক অমা ব্রাঙাঙ অমা হায়বা ব্রা লৈ হাযনা খল্লি। খব লৈরগা অমুক হায "অশিদা অসুম লৈবনি হায়বগা নীপামচাস্থ লৌবিক্রবো অহুম তৌরবদি পূক্লীং লুমলনি।"

"হোয়, চংলনি, নীপামচা লৌক্রবদি য়াদে। নঙগী নচা লৈ হাযবা ইমাখোয় খঙবা পোং নত্তে" হায়রমলগা চংখি। থরোনা খল্লম্বা ব্রাখল, নীংলম্বা আশা পুন্নমক ঙম্না কায়খরে। চিংনবা নোংমা নোংমগী হেনজিন্নল্লকই। খল্লি, "আকোল তৌতুনা পুরকপোইবে। ইচা কায়নবদি ঙম্লাই মপাস্থ লৈতে করম্না মতোমতা লৈগনি।" হায়না হায়না থা খরমুক চংখরে। খল্লু খল্লুবগা নোংমা নোংমগী লৈনীংঙক্রবনা পোশ্বাফম লৈতরে।

মচা কাযনবগী শরুকপুদি তুমিন্না চৎচখিবনা ফগদমাল্লে থল্লে। মতম পূম্নমক্তা করমনা চৎসিগে অসিগী রাখল থনবদা থবে। রাবদা থেংঙখ্র। মতম থব লৈবগা মপুবোইবা কুলোশ্ম নোংমা নীনিগীদমক কদাইদনো থবক অমা চৎখি। নোংমা হুংথিল মচা অতু পোশিন্নহনা কৈথল থোকপা শারগা থোবক্কুনা মযুম তান্না চোল্লকল। থবোগী মরাযবক ফবনা মাবু উবদা মীনা চিংনহোদে।

মানা মথুমগী থোঙ্গাল যোবা মতমদা হুনিং তাবে। মাবু উবদা মবুংখোয় মযাম ঙক্নৈ। মাগী শকথম অতু উবদা ঙক-ফম থোকই, চেল্লক দা নশন অশাংবাদা খোকখি। মতম শংদহনা পুল্লক্ত, ইফা ফানা ইচাই চাইনা তাবি। অতুগা নঙ্গদা লৈবিবা অঙাং অঙদি তঙাং তঙাংবা মথজাই অনোযবা মচা অতুদা মপি তৈথোকপিদহনা কংখিবগী মনি চৌজিক ফাওবা লৈবি। লমশাঙ অদা অঙাং অহুদি অমুক কপ অমুক নোক অস্কম্না লাকই অতুবু থবোনা মচাদা হন্না যেংনগী মতম লৈবমদে। মনম্মা অতোম্বীনা চঙশিলক্কুনা অঙাং অতু মনঙ্গন্দগী পৌথে। রাবোল পুম্নমক হংলহনা লোইনা খঙলে।

থবোনা "ইনম্মখোয়দি অসিদা চাননা লৈববা ?"

"লৈতে। খা অমুক্তা ডাযরি ঐদনি সিদা লৈবা নঙগী স যেংবিনবা লৈতহনা লৈবনি অহুগা নঙনা চৌরকলিবা অসিদি করিনো ?"

"নঙগী নংগসি যেংবিনবা নৈতহনা লৈবনি" রাহয়সি তাবদা থবো ইকাইবম্মী অহুদগী ইকাইবা পুম্নমক মাঙখিহনা মুংঙাই-তবনা থল্লম্মী। "নচা যেংবিনবা লৈতহনা লৈবনি" কযাদা ইকা-ইবা রানো? থবোনা অসি খল্লিঙৈদা মনম্মগী পাউখুম পীবা কাউখরে।

মনম্মনা অমুক্কা হংলকই "নঙবু থংনহনা লাকলিবননে⋯⋯ কবিনো তৌবিবা অসিবো?"

"ঐ সুপামদা পামজত্রে, অহুনা লাকলবনি ইনম্মা। নীপা-মচাদি কদাইদা লৈ অমুক্কা কৌবিরকউ।"

"হৌজিক্কা অশুরাইদা লৈরমবনি। কদাইদনা?" হাযহুনা মনম্মা হৌগতুনা মপাল থোকখরে। ঙহাক লৈরগা নীপামচা পুহনা চঙলকলে। থোঙজিন কানশিল্লকপা মতমদা থবোনা "নীপামচা, লাংঙে সিদা লাঙে" কৌই।

অঙাং অহু চঙসি হাযবা যাদরে। থোঙ মকমদা লোত্তুনা লৈরে। মনম্মনা "যাদে সে নঙ তৌজরবা" হাযহুনা চঙলক-লগা যমলরে। থবোনা থোকখিহুনা অঙাং অহু চিংশিল্লকলে। নীপা মচা যাম্না কন্না খাঙলি। অহুগা মচিনবান তপা তপাবা মচা অহুনা মোমোন মোমোন নোকলি। থবোনা হায় "ইস কনখ্রেদা ঐদি চিংবা ঙমদ্রে, কনখ্রেদা যাত্রাহু মঙাযবে।"

নীপামচা হবাংবেহুনা থীক থীক নোকলে, নীংই "ঐ অসে যাম্না কল্লী।"

* * * *

হান্নগী মতৌগুম অমুক পানজবে। নুংঙাইতবা মঙ মঙলগা মিরুপ থোকলকপদা ইস মঙনিদনা হায়দুনা নুংঙাইবগুম থবোম্নু নুংঙাইরম্মী।

মতম খর লৈরগা কুলোনা লাক্কুনা হংলে "অঙাংশিংবু অসোমদা লাক লাকপ্রা ?"

"লাকই" খুম্মী থরোগী মমাতোননা।

কুলোনা ইমুংদা চঙলক্কুনা থবাদা হায "কবিনো নঙনা তৌবিবা অসিবো লাকও চংলসি।"

"ঐ সুকঙম ঙমজরোই, অরাইবা অমা তৌবগে হায়না ঐ লেপলে।

"কবিনো নঙনা হাযবিবা অসাবা ? ঐনা নঙোন্দা কবি হায়দুনা ঐগী ইতুংদা লোন্না চোল্লমলিবনো। লাকও, লাকও চংলসি... ..."

থরোনা থুনা হাযরকই "মাই মাই ওকচবে। অসি থোক্কবি হায়দুনা ঐনা মমাওঙৈদা হাযখিবা ময়মদো নীংশিংউ। নহাল-ঙৈদা ঐনা হাযখ্রবনি। হাযদবা নত্ত, নঙগী ইম্ফাল হায়বা অদুদ লৈবা ঙম্মোই। নোংমতং ইনেমবোক খুরুমুসি হাযদুনা ঐ চংপনি। ঐ লৈগে চংপা নত্তে। ঐবু নঙনা আকোল তৌবা অদো ঐ মুন্না খঙলে। অবোক খুরুমুবে, নচা অমসু পোকলে লোইবে অসিগী মতুংদা মখা তাবা রা হায়বক্লগনু।"

"অদুদি নঙ য়াদ্রেদনা।"

"য়াদ্রে, যাদ্রে, সুকণ্ডম ঙমজবারাই। অবোইবা অমা তৌনবসি।"

য়ামনা শাউনা "নঙবু নশা লাক্তুনা চিংবা ঙম্মী, মত্তুদি নঙ খঙব্রা? লরাযগী কাইদা তৌবক্কনু লরায হাযবা জাং ..।"

থবোনা হৌনা নোকতুনা "হোঃ হোঃ লরায় হায়বা জাং অসিদি লরায মচানি অতুগা ইম্ফাল মচাদৌনদি তৌদে ইকায়বা ইখঙ মখঙনৈ। চংলো চংলো নঙনা তৌগদবা মফমদা তৌজ-কচো।"

*    *    *    *

খব লৈবগা অমুক লাকই "থবো নঙবু তৌম্নদা চংলসি ঐ ন'ঙান্দা থোইনা পঙকায কাযদবনিদা।"

*    *    *    *

খব অমুক লৈবগা "চংলসি থরো, শাউল ... নাল। সুংঙাইতবা মরম হাযযু।" ... এক পুম্নমক লোইতুনা

"ফবে ফবে চংলসি অ... ক থকতুনা পোথারি। মপু-ঐদি ঙম্মোই।" ... খুবগী লোইবা লৈতে। থরোনা চঙতুনা

কুলোনা খর রাংনা ইনখৎপীরম্নগা করিনো হিদাক অমসু ইনাইখে মী অতুদগী হান্নগী মফম অতুদা হজিন্দুনা ফমলী।

কুলোনা হায়রকই "থরো, থরো, নঙসি খক সুংশিবা খঙদ বোইদা লোক খুরে হায়বা খঙলবদি খর য়েংনা তৌবিবা হৌনৈ। গুলিদা মপীরম্মী ঈশিংদি কদায় মতা চাদেনে নঙবো ···।

অসিননি ঐনা তৌমু তৌমু হাযবদো হৌজিক্কি খঙলেদো নচা অমা লৈবনিনা কায়নবমু য়ারোইদো। নীপা মচাবুদি ঐনা অমুম ময়োক্কনি মাগীদমক মুংশা থীগনু। মপানা কবোদগী হল্লক্লগা মপাদা পীখিবা হায়বগনি। চৎলগে হায়রবদি চৎলোনে।”

হায়রিঙৈদমু থরোনা য়াহৌদরে। নোংমা নোংমগী কুলোনা হান্নগী মতৌগুম ঙং ঙং ঙংবা অত্থমু হেনগৎলকলি।

মনম্মনা হায়বকই “থরো ইনম্মা রা অমা হায়গে। নঙনা নবুকনা চপ যুংনা নীপা অসিদা লৈব'বাই হায়রগা থবক অমা তৌবো কান্নবোইদৌবি নঙগী মুপা অসি। নোংমা নীনি চত্তুনা লৈরুরো অত্থগা অমুক হেক্তা লাকউ অত্থদগী মবায়না ইকাই-জগনি।”

থবোনা “অত্থনা ফগদ্রা?”

হা... ... চপ্ যুংনা নীংথ্রে মসিনা ফরনি অত্থম তৌরবদি মচাসু চৎলসি... . ...

...মা কনা অমতা তাক্লমদনা মচা অতোম্বা

থরোনা থুনা হাযবকই ... ননা ইম্ফাল তান্না অমুক লাক্লে। হায়ত্থনা ঐনা মমাঙঙৈদা হায়খিবা ন... ...নাকহৌই অত্থগা মবুংদি ঙৈদা ঐনা হায়খ্রবনি। হাযদবা না... নঙগ॥

অত্থদ লৈবা ঙম্মোই। নোংমতং ইনেমবোক খুকুমু।

ঐ চৎপনি। ঐ লৈগে চৎপা নত্তে। ঐবু নঙনা অ... থা তৌবা অদো ঐ মুন্না খঙলে। অবোক খুকুমুবে, নচা অমমা পোকলে লোইবে অসিগী মতুংদা মথা তাবা রা হায়বক্লগনু।”

“অত্থদি নঙ য়াদ্রেদনা?”

যুগ খুদিংগী মাগী শান্নপোৎ ওইরক্লিবা মীওইবগীদমক্তি অমুক্তং থন্দুনা য়েংবিরিগদ্রা ? নিয়তিগী শান্নপোৎ ময়ামগী মরকতা থবোস্থু মানা য়ান্না পামনা শান্নবা পোৎ অমা ওইরম্মী।

মরামযুমগী মুংঙাইবা পূন্নমক লোইনা লৈতরে। মতম অমদা লৈবম্বা মীশিং অদো হৌজিক্তি লৈতবে ঙসি লৈরিবশিং অসিস্থু অচুমঙাই। মনেমপোক শিখরে, উচেকশিংনা পামেল উজাওদা অহীং অমতং লেকলম্লগা নোং হেক ঙানবগা তপ্ন তপ্ন অমমম পাইখিবগুম ইমুংগী মী পূন্নমকস্থু লোইনা চংনখরে মাগী মাগী লম্বীদা। নোংমতং লেকপা লাকপা থরোনা যুম লেপ্লুনা লৈহৌরে। পূন্নমক অসি উরগা নোংদম্বা মাদি তুমিন্না নোক্লম-গনি। অসিবু ঙক্কবা ? কবিদগী কবি ওইখিবা, কনানা কনা ওনখিবা কনানা খঙগনি। পুন্সীগী থৌদোক পূন্নমক পূক্নীংনা পাম্বা মতুংইন্না হান্না থৌরম শেমদুনা থম্বা ঙম্লবদি মুংঙাইগনি।

মচা-মরা চাক ঈশিং পীজবা লোইবে থবক পূন্নমক লোইদুনা অহীং অথেঙবদা ঙহাকতং হিদাক থকতুনা পোথারি। মপূ-রোইবদি লোক খুরি, খুবগী লোইবা লৈতে। থরোনা চঙদুনা মোন অদো খর রাংনা ইনথৎপীরম্লগা করিনো হিদাক অমস্থু পীথকলম্মী অচুদগী হান্নগী মফম অচুদা হম্জিন্দুনা ফমলী।

কুলোনা হায়রকই "থরো, থরো, নঙসি খক মুংশিবা খঙদ বোইদা লোক খুরে হায়বা খঙলবদি খর য়েংনা তৌবিবা ঙৌনৈ। শুল্দিদা মপীরম্মী ঈশিংদি কদায় মতা চাদেনে নঙবো·····।

থরোনা হৌগংতূনা ঈশিং পীরম্লগা অমুক ফম্লে। ঙহাক লৈরগা 'খোঙ ঈংবনা খুকউ য়োরে অমুক্তা শাহল্লো·····  ·· খঙত্রেদা তৌবিবসে ঐবো। হে ভগবান। মীঙোনদা নপচ তাংজহ্নুনা কযা কুইনা লৈখিগবা।"

থরোনা খুম্নকই "এস্থ মীনিদা নোং হেক ঙানবদগী শা শাদোনা নোম্বা অসে ঙমদ্রেনে ঐস্থ। ফনা মহাৎনজৈ পেনবিবা কৌবদা লৈতে। নঙ অসে কুমলাইনা ঙইহ্নুনা তৌবানাল্লনে" হায়বগা চোক অমা মৈদা শাহল্লগা মখাঙ ময়াদা ইনশিনবা-বম্লগা চঙ্ হ্নুনা তূনখ্র। চহী অহুম অসে অবপ্পা নাইদনা অরাবা খঙদনা নোম্বী অনংবনা মহেনজললকই। কৈথেনদা নুকমায পাল্লি নোম্বী. নুপী অমগী মপাঙ্গলগী ঙমৈখ যেনা নোম্বা চাবতা মকোন্নে মাইবা অমতা যোনা কৌজবা ঙমদ। মথং মথং ইমুংগী পোৎ যোননা হৌবকনে। লাঙ্গবনা হাযবা অসে অস্থম তৌবা মাল্ল। অক্টাপাস্ হাযনা জাবগুম্না অমবোমদা নাস্থারবা হোৎনবিঙদা অমবোমদগী ফাজিল্লকপনা মীগী ঈ শুমহ্নুনা থকপা লোইবগতা পেননা মাল্ল। লাঙ্গনা খঙদে হিদাক থংদে অমমম্বদা পোৎ থিবগুম লাঙ্গরবনা শীনবা থুজিল অসে অসি ঙাক্কনি। কনাগুম্বনা 'নঙগী নপুবোইবগী লাঙ্গনা অসে যোংখার হায়বহ্নুনি" হাযববদা থরোনা হায়হন্নোংদে লাঙ্গনা অহ্নবু কিজে! খুম্মৌ "নত্তে নত্তে কুম লাঙ্গনা হাযবহ্নুনি। মী ঙংপা লাঙ্গনানি শিরবম্ন মরুনা যুগদোবিযে নীপা অসে—"

থরোনা মপুবে.ইবদা হায "য়েঙোই ইনে তোনজাওবীনা হায়ববু সোরারেন মতীল হায়নে করিনো খঙজদে মতুগী মনুংদা লশিং তীলগুম্বা তীল অমা লৈ হায় মচু ফারগা লফোইদা যোমতুনা চারবদি ফনি হায়।"

কুলোনা খুমলকই "ফৈনে, থরো নঙ অসে ব্রারেদকো·· । ঐননিকো · । নঙগী লমন ঐনা তোল্লিবসি শিংবা ঙম্মরোই-কো " হায়বগা কপ্পী।

থবোনা থুনা "হায়হৈদেদা, করিগীনোনে" হায়বগা লোম্না মপি তৈথোকই।

মীনা হায়বা পূম্নমক লোইনা তৌরে অনাবা নোংমা ফব-বোই নীংই খব লৈরগা অমুক মহৌবকই। অম্মুম্না অচঙবগা অশিবগা লান শোম্নবকপদা অশিবনা ঙমশিল্লকদৌবে। লৈত লৈত লোইবমদাইদা মাইবা কৌই।

খর লৈবগা নোংমা পূম্নমকপু থাদোক্লমতুনা কুলো শিখরে।
ইঙ্খোল মচেং অমা লৈবতু য়োন্দুনা লৈজবা পূম্নমক পুথোক-তুনা সোরাং শোনখবে।

কদাইদা লৈগনি অতুগা সোরাত্তা পূবা লুপা ১৫৲ অসিনা কদায়দগী শিংগনি ? মবুংগীদা চংলশিরা নীংই। মহাক্না নহাল লোননা চেললকপা অতু নীংশিংলুবদা মতু চুংই, ইকায়রম্মী। লৈকাইগী মৌ হৈ-শিংবী অমনা হায় "করিগী ব্রারিবনো থরো! ঐ ব্রা অমা হায়গে নঙ লৈরেনসীজগীদ লৈরোদনা। নঙগী শেনদোলস্থ মবায়না শিংজরনি····· ।

"অমগীদা ওইববস্নু অমগীদ ওইববস্নু ইনে হেক্না লৈজবগে। কর্ম্মদা চঙখিবা শেল অসিদবু শিংবিগে হায়রবর্দি। ইনা ইচামক লৈজগে।"

নোংমা থরোবু লৈকাইগী মনেহুনা পুবিহুনা অঙম্বগী ময়ুম লৈরেন সীজগী শঙ্গাযদা লাক্লে। মাগী শেল শিংবিরে, অহুগা মচাদি থম্ব' য়াবোই হাযহুনা মা থাহুনা মচা অতোম্বহু মবুংগী ময়ুমদা থিলহল্লুবে।

চহী তবা হৌখ্রবনি।

*   *   *   *

তুংশা মপী হোন্দুনা মপি তৈথোকলিঙৈদা মবেম্মনা হাযবকই "হায় থরো হৌজিক ফাওবা তুমলিববা? অঙাংগী চাক থোংগনি খঙব্রা?"

# বাসন্তীগী নুংশি মীনোক

মণিপুরগী কলেজনি। পূং তাগদবা মতম থব হাংলি। কলেজগী ইস্কোলন্থংদা হৌবা উপাধ্বী অমগী মখোঙদা অহুমশুবা অমহুং অনীশুবা চহীগী ছাত্র ছাত্রী থর ফমহুনা কবিনে। অমা যাম্না কন্না য়েংনবি। নুপীমচা অমদি শুম য়েংনবগীদগী শাউহুনা কমন কমদা চঙখবে। পৈহৌবিবশিং অহুনা মঙোন্দা যেংহুনা নোকহৌই। মণিহাবনা হায়বকই "গুণমণিসি বাসন্তীগা য়াম্না চান্নমাল্লেনে। ঙসিদগী মাগী অশাওবী অমা খঙলে।" ইবেমহলনা "অহুননি শাউহুনা চঙখিবা অসি। নহালস্থু ইচেবাসন্তীগা বনমালাগা কনানা ফজে খংনবদগী শাউহুনা লাইবিক পুহুনা অহুম চংখবে।"

"ফজবগী রা। নত্রবদি নখোয় নুপীগীদি কবিমতা ম্বাবী শানীংঙাই লৈতমাল্লে। মহুগীদমকপু ক্লাস চঙদনা চংখিবা অঙকপনি।"

মনাক্তা ফমলিবা নুপামচা অহুনা ঙকুনা হংলকই "ক্লাসতা অহুম চংত্রবা ?"

"নঙগুম্বা লাইরিক তীনদনবু ঙকপনি। ঐখোয়দি মহুনা চহী অহুম অসি খুংলায় ওইহুনা লেল্লকলিবনি।" মযাম রা লাউনা নোকই। ঙসাইমখৈদি রাধেদি করিনো অমা শিন্দুনা লৈবম্মী! ইনা ইনা হংলকই "কৈদোবা? খুংলায় হায়ববু করিনো ?"

ই:বেমহলনা ' নঙদি ঙসাইমখৈ তুম্মুববা হ। বাধে ? করিনে নঙনা শিল্লবা অহুদি লোজ্জিন হে হে অহবু কনানা ?"

ঙহাক মৈরগা মুপীনচা মথা তপা তপাবী অমা কলেজগী কোম্বোংদা চঙলকপা উহুনা ময়াম ফমলিবা অহুনা যেংনহুন "লাকলে লাকলে" হায়ৗন। মুপীনচা অদো মহাক্কী মরনদ ছাত্র ছাত্রী ময়ামগী ব্লাখল শীজিন্নবগী কেন্দ্র ওইবিব। বাসন্তীনি মখোয় ময়ামপা মিংচিনফাও হন্না যেংশমদনা ব্লাসতা চঙখ্র

ময়ামসু পূং তারহুনা চঙনীং চঙন্নবনা ক্লাসতা চঙখ্রে। ব্লাস লৈতবা মতমদা কলজগী ইঙেখালস্তুংদা গৌবা গোকুল পাম্বীগী মখোঙদা লাইরিক অমা পায়রনা বাসন্তী ফমলবে। অরাপ্পদ ছাত্র খবনা খন্নৈ "ময়াম অসিগী মহুংদা শ্রীম তজীদা কনা র ঙাঙবা ঙমগনি ?"

গৌববাবুনা "মাগুম্বব্ কবিগী ঙমদনি।"

অমনা হায "ঙম্ববুদি লোইনা ঙম্নগনি অহবু খুমু খু বৈক কদ্রনে ?"

মণিহাব "ব্লাবু অহুনিনে।"

গৌব ' শেন চানসি সত্য খুমহনগ।"

"কৈ কৈ অহুদি নঙনা ঙাঙক্লরুবদা। খুমনকই খুমলক্ত হায বদি কবম খঙগনি। ঐ খায়না নকশিন্না লেপপুববসু তানহুন। তৌবনি হায়বা শোয়দনা খঙগনি।"

গৌরনা ঙহাক খল্লগ। ' নচাবোনগী শেনগাযগী থাতা অহ পীযু শেন খায়বা ওইনা চঙগ।"

# বাসন্তীগী মুংশি-মীনোক

পূং তারে বাসন্তীনা অমুক ক্লাসতা চঙগদবগী লাকলে। অতৈনা ল্যাপলপনা লেপতুনা লৈহৌই। মহাকনা দায়ী কাখৎপা মতমদা গৌরনা চঙহুনা "অমুক্তা ঙাইবিখো।"

বা ঙাঙদনা বাসন্তী চপ লেপ্পী। গৌরনা মথং মথং হায়রকই "নহারোন মেগাজিনগী শেনখায়গী সহী অমুক্তা তৌবিরম্মু।"

বাসন্তীনা খাতা অতুদা খজিক্তং য়েংলগা "হুজিক্কি ক্লাস লৈ" হায়রম্লগা চঙখ্রে। মহুগী শরুক্কি খুমেলমদনা চঙখিবনা হেন্না যরমগদবনি।

ছুটি ওইবে, অহু ফাওবা গৌরনচিংবা থরদি শাউহুনা অহু-রাইদা চাহুনা লৈবি। ছাত্র ছাত্রী মথং মথং থোবক্লুনা চৎনখ্রে। বাসন্তীসু থোরক্লে। গৌরনা থৌনা ফনা চঙহুনা "ঙসাইগী সহীহু··· ·· · · ·"

"ওঃ কযা ওইরবনো? ঐদি থোইনা খঙজদে।"

হবাওনা "লুপা অমতনি হেন্ন পীবিগে হায়বসু য়াগনি" হায়বগা খিত্তং নোকচৈ।

বাসন্তীনা ঙাইওমদনা "হয়েং পুজবকে"

"পীবিনীংবা মতমদা পীবিবা য়াগনি সহীদা হান্না তৌবিরম্মু।"

"পীবা মতমদা তৌজগে" হায়রমলগা চৎখ্রে।

বাসন্তী মরিশুবা চহীগী ছাত্রীনি। মহাক্কী মরমদা ছাত্র ছাত্রী অয়াম্বনা থোইনা খঙদে। কনাগুম্বা ছাত্র ছাত্রীগসু চান্নরা তিন্নবা উদে। মহাক্কী রাজ্যনা অতোপ্পা অমা ওইনা

তৌরম্মী। মাগী কাইদা অদু উবদা ছাত্র ছাত্রী অয়াম্বনা নোক্কে, উশিত্তবা উৎলি। অদুগা মনুং মনুংদদি ছাত্রীশিংনা কল্লকলম্মী, ছাত্রশিংনা চান্নানীংলম্মী হায়বদি অমতা হায়দোক্রদে। কলেজগী থোঁদোক অমম্বুং মযাম তিন্নবনচিংবা অয়াম্বদা থোইনা য়াউবা উদে। অরায়রা বাহয়দা মযাম্না খুত্তা কাইদামা তৌই হায়নবত্নি।

মতম অদুগী ছাত্রগী লুচিংবা বিশ্বজিৎনি। "নহাবোন" গীম্নু সম্পাদকনি। লালগী মতেঙ পাংনবগীদমক লিলা অমা উৎপা তারে মতংগীদমক কলেজগী ছাত্র ছাত্রী পূম্নমক মবাঙ হৌনরে। কনানা করি তৌগনি শীন্নরে। মাইবম ধবল্লোগী ফাগি, বনমালাগী জগোয়, মাইকেল মধুসূদনগী আবৃতি, ইবেমহল রাধে অসিনচিংবগী ইশৈ। ছাত্র ছাত্রী ময়াম্না হন্দক্তি লিলা অসিদা বাসন্তী য়াওহন্দবা য়াদে হায়না বিশ্বজিৎতা যাম্না তকনরে। বিশ্বজিৎস্ন মরিশুবা চহীগী ছাত্রনি। অহানবা চহীদগী হৌদুনা বাসন্তীগা ক্লাস অমতদা বিষয চপ মান্ননা লৌদুনা তম্মীন্নৈ। অদুবু বাসন্তীগা নোংমতস্ন রা ঙাওনদ অংগা বাসন্তীগী মবমদস্ন মহাক থোইনা নীংশিংলুদ। হৌজিক্কী যুগতা লৈবা ছাত্র ছাত্রীনা সমাজগী কান্নবা অমসুং অতৈ অতৈ সংগঠনদা করিমতা থবায় য়াওদবা মীবু কান্নবা মী, দেশকী য়াই চিন্নবা পোকপা জীবনি হায়না নীংলম্মী। অদুনা বাসন্তীগী লমচৎপু কবিমতা ঙাকপীবা ঙমলমদে। কলেজগী মনুংদা বাসন্তীবু চান্ননা য়াদবা থওইনা তৌদবা ছাত্রদি বিশ্বজিৎতনি। কনাগস্ন মরী লৈননীংদবা থোই-

দোকনা সভ্যসমাজগা মবী লৈননীংদবা অসিগুম্বা মীবক তিন্দবা নুপী মচা অসিবু মখোযগী মবঙ্গা অরেম্বদা চিংশিল্লুবস্থু অত্থক হাকনা পামলমদে।

ইবেমহলনা হায়রকই "তাবিশ্বজিৎ! হন্দক্কী অসিদি বাসন্তী যাওহন্দবা যাদে। মহাকপু চিত্রাঙ্গাদা শাহনগদবনি"

"অবেম্বদা মাবু অমুক চিংশিল্লুহনা করি কান্নগনি? মশানা লোক্তুনা লৈবা পাম্বা মী অত্থবু ঐদি ......"

"য়াদে, তুমিন লৈথু নঙগী কবিগী বা অহু অম্মুরাইদা য়াদে" হায়হনা ময়াম্না য়ৌ য়ৌ তৌবকলে।

গৌরনা তপনা হাযরকই "নঙনা হায়রবদি শোয়দনা য়াগনি। নঙ অমুক্তা হায়হনা য়েংউ।"

ক্লাস তৌদবা অহাঙবা মতমদা নুপীমচা ময়াম্না বাসন্তীবু ফাহুনা হায "হন্দক্কী অসিদি যাওবিদবা যাদে।"

বাসন্তীনা "ঐদি হৈজদে।"

মাধবীনা মসি হৈব হৈতবগী রাফম নত্তে, শক্কী বানি। অমুক ফজবা শক অসিবু ষ্টেজ কাহন্দনা তোকপা গৌনদে।" হ য়রগা মতৌমতা নোকই। ময়ামস্থু মাধবীগী বা তারগা নোকলে অত্থগা বাসন্তীদি হান্নগী মতৌগুম্না তুমিন্না লৈ। অত্থদগী ময়াম্না হায়বকই 'মরিশুবা চহীনিনা কলেজগা কায়নগদবস্থু খিত্তা ঙায়রে। য়াওবিম্বু কৈদৌবগেনে?"

"ঐ হৈরোইদা" হায়রগা মরু লুকথহনা লাইব্রেরীদা চঙখ্রে। ময়াম অত্থ ময়া কুমহনা লৈহোই।

ক্লাস লৈতবা অহাঙবা মতম অমদা বাসন্তী মথন্ত নহালগী বোকুল মখোঙ অদুদা কমদ্দনা লাইব্রিক পারি। বিশ্বজিৎনা মাগী মনাক্তা চঙলক্লুনা লেপলরে। মাস্থ অমুক্তং য়েংখৎলম্লগা মরু লুকথখরে। বিশ্বজিৎন হায়রকই "ময়ামগী ওইনা ৱা অমতা হাযজবা তারি। 'চিত্রাঙ্গদা' হায়বা উৎকদৌম্লিবা লিলা মচা অসিদা ইবেম্মান। য়াওবসি ময়াম্না যাম্না পাম্নবে। ইবেম্মান। করি হাযবিরীবগে?" বাসন্তী খুমলকত্রে। অমুক হন্না হাযরকই "মসি মযাম্না তৌগদৌবিবনি। কলেজ অমগী ছাত্র ঙাকনি, অধিকাব লৈ হায না হায়জবনি, য়াবে হায়না লৌজবে মতমস্থ খিন্তা মঙাইরে। কলেজ লোইবগা রিহিয়ারসেল তৌবা অসি ময়াম্না ৱাগনি হাযনরে অদুনা হায়ুং অযুক পুং মাপল তাবদা কলেজদা লেঙবিরকউ ময়ামস্থ লাক্কনি। যাবে হায়না লৌজব-গেকো।" হাযবম্লগা চৎখ্রে।

অযুক রিহিয়ারসেলগীদমক মী ঙম্ন লাক্লরে। লিলাগী মবমদা বিশ্বজিৎনা খর হৈশিংবা মবম্না অর্জুনগী পার্ট অদু মহাক্লা লৌরে অদুগা লিলা অদু তথাবস্থ মহাকনি। ময়াম পুন্নমক শুনা লাকলে অদুগা বাসন্তীদি লাকত্রে। অস্থম থেঙজিল্লক্লদুনা হন্নবা মতম য়োরে। ময়াম পুন্নমক বিশ্বজিৎতা য়েংই। মণিহারনা হাযবকই "লাকত্রেদনা, ঙরাংবু শোয়দনা যাহোৱবরাও? শোয়দ্র-বরা বিশ্বজিৎ?" বিশ্বজিৎ খঙহোদনা মায় ঙাওই হায়ুরকই "ঐনা নহাল্লনা হায়নে।"

ইবেমহন্না "য়াহৌরে হায়বদায়নে ? ওস্থাক্না ইকাইবীদা।"

ময়াম চংলগ্রে।

মহুগী থুমিং অদো বাসন্তী কলেজ যাও কারকখিদ্রে। অতৈগীদি খঙদে ঙসি বাসন্তীগী লমচৎ অসিনা বিশ্বজিৎকী পুক্নীংদা মথুং মথুংদা তাহ্না থিং থিরুং থুম চিকপগুম খাঙফম লৈরমদে। খঙহৌদনা শাউনাংবগুমমথু তৌই। অংইবগি য়াম্না থুংঙাইতবা ৱানি। কলেজগী ছাত্র ছাত্রীনা য়াম্না ইকাই খুম্নবা লুনা তৌবা বিশ্বজিৎপু মানা ইলায় লায়না। .. ।

নোংমা বিশ্বজিৎনা ৱাসতগী থোরকপদা কলেজগী চপ্রাসী অমনা মাগী মখুত্তা চিঠি অমা পী।

**তাদ বিশ্বজিৎ।**

ৱাবৈবিগন্ন। নহাক্না হাযজবমলবদি এগী ইবাল অসি ইলায় লায়না ঙাকপীবমগনি। "চিত্রাঙ্গাদা" দা য়াওবা ঐগী ইতীক ওইজদ্রে। অযুকতা অঙাং অনী লাইবিক তম্বীজরি। থুংদাংদা ইমানা পোৎলোই তুবা খব খর যাওদ্রবদি বিঃ এঃ পরীক্ষাগী শেল পীবা খরা ৱাবা তাবি। অমুক য়াম্না হায়জ-রোইদবনি থাজবিনবগীদমক্তনি। ইতি।

নঙগী—

**বাসন্তী**

চিঠি পাবা মতমদা কদায়দগীনো অণা অণাবা ঈ ময়াম কারক্লুনা বিশ্বজিৎকী মমায়থু ঙাঙহল্লে। খঙহৌদনা চিঠি অসি অতৈ মরূপ্তা উহননাংদবগুমথু তৌবে। অতুগী মথক্তা চিঠি অহু

হন্না হন্না পাবস্থ কলেজনা খুদোং চাদবা মফম অমা ওইবনা ক্লাসতা অমুক চঙলমদনা ময়ুমদা হল্লক্লে। মযুমদা হল্লক্লগা চিঠি অহুবু মশীং নাইদনা পাবা হৌরকলে। মাগী খুৎই অহুবু মুন্না মুন্না য়েংলি 'নওগী' হায়বা য়াহয় অতেনবা অসিনা কদায়দগী অস্থক য়াম্না পূক্নীং মরাঙ হৌহল্লিবা! অঙকপনি। "কবিগী"না মানা য়ুমদা অঙাং লাইরিক তম্বীবিবা অসিনা, চূম্মী শোয়্নদ নংবা তায়। নংবা অহুনা মহাক্না ময়ামদগী লাপনা লৈনীংলিবনি। কাউবু কাউরুই অহুননি মহাকনা নহাল "নহাবোন" গী শেনখায় খায়খিদ্রিবা।"

চিঠি মচেৎ অহুনা বিশ্বজিৎকী কল্লবা থম্মোযদা বসন্তগী মচু শঙজিনবীরমলে। মতম অসিদা কবম্না য়ুমদা লৈগনি? চিঠি অহু ফুরিৎখাওদা হাপ্লগা মতম ইচা চাদনা স্থুংথিল পোবোবতা করমবা নেশানা চিংহুনা মানা চৎখ্রিবা অহুস্থ কনানা কবমনা খঙগনি?

লিলা মায় পাকপগা লোযননা লোইখ্রে। অহুগা বিশ্বজিৎকী মহুৎতা বানীকান্তনা অর্জ্জুন শাখি। বিশ্বজিৎনা ঐ শাবা ওম্নরোই হায়রববা মতমদা ময়াম পূন্নমক ঙাক্লখি। মাগুমবা উৎসাহীগী পূক্নীং খঙহৌদনা হোংলকপা মরম অসি বিশ্বজিৎ নত্তনা কনাম্না খঙগনি?

* * * *

ক্লাস লৈতবা অহাঙবা মতমদা লাইব্রেরীদা যমহুনা বাসন্তীনা থাববা চাউববা লাইবিক অমা পাবি। অতৈ কনামত্ত লৈতে।

বিশ্বজিৎ চঙলক্লুনা মায়োক্লবা চৌকি অমদা যমলরে। মমাঙদা লৈবা খবর অহু ওংতুনা হঙ্গং হন্দা য়েংলি। অহুগা মমায় অহুদি করিগীনো খঙদে চাং হেন্না ঙাঙলি। অনীমক তুমিন তুমিন লৈনৈ কনানা রা হৌদোক্কনি? ময়েককী হায়রুরবদি বিশ্বজিৎকী পালিনী। অহুবু নহালগী বিশ্বজিৎকা ঙসিগা ওস্থোক্লা খেন্নখ্রেদা। ইথা থাজদনা বাসন্তীনা হায়রকই "নহালগী চিঠিহু ফংবিবরা?" রাহয় মতেক খজিক্তং অসিনা বিশ্বজিৎকী মশা পুন্নমক পূগশা শাগংহল্লি। নিংথম থানি অহুবু ফূবিৎ লৌথোক-নীংখ'বে। খুমলকই "ফংজে। ঐ ওস্থোক্লা মুংঙাইজখিজ্রে। মমাঙৈঙদা ইবেম্মবু মতা অমা ওইনা খল্লম্মী। মুমিৎ থরগী মমাঙদা যেক্লবা ওইবম্মী হাযবদম্ু থোইনা লা'ল্লাই। হৌজিক্তি ঐ ... ।"

বাসন্তীনা খুদমনা হাযফেৎ নোক্লুনা মমায লুকথখ্রে। মহুনদি কয়াদা মুংশিখ্রে। হৌকববনিনা বিশ্বজিৎ অদো করম্না রা ঙাঙদনা লৈগনি হাযবকই "ঐখোয়গী কল'চবেল শো অহু য়াম্না মুংঙাই হাযনৈ ঐদি উজহৌদ্রে।"

বাসন্তীনা ঙক্লুনা "অর্জ্জুনগী পার্ট লৌবিবদাইনে?"

"অকোনবদদি ঐ লৌজদ্রে।"

অমুক ঙহাক তুমিন লৈনরে। অম্মুমনা তুমিননা লৈবসি বিশ্বজিৎনা য়াম্না হৈনরমদে। হায়বকই "রারৌবিগম্ু রা অমক্তা হংজগে কদাই কদাইদা ওইরবনো অঙাংশিং লাইরিক তম্বীরি হায়ববু?"

বাসন্তীনা খিত্তুং ইকাইনা হায়রকই "হুপীমচা অনীথকতি ঐখোয়গী য়ুম মনাক্তা লৈ অহুগা অমদি অনীশুবা চহীগী ছাত্রনি। লনাই থাগদৌরি, ঐনা মতেঙ থর থর পাংজবতনি ঐখোয়গী য়ুমদা লাকই।"

"কনা ওইরবনো? কয়া নহা অহলনো?"

"কনানো হায়বা ঐনা হাযহনস্থু খঙবিবোই। ঐখোয়গী লেঙ্গা নত্রগা মানা খব হল্লখা য়াই। মেত্রিক থাবব তুংদা কুইনা পোত্থারুববনি হন্দক্তা আইঃ এঃ থাগদৌবি।"

হন্দক্তি কুইনা তুমিন্না লৈনব। অতুদগী বিশ্বজিৎনা হাযবকই "ঐখোযগী পরীক্ষাদি থিত্তা ঙাযব টিউসন তৌববদি পানবা মতমদি ফংবিবিবব?"

"ফংদে হায়রহনা করম তৌনি। ঐদি ফেল ওইবদি শোয়দ্রবনি। হুংদাংস্থু লাইরিক পানবা মতম ইফ ফংদে ." হায়রগা মমিং অনী অহু বিশ্বজিৎ উগনি হায়রহনা মমায় লুকথখ্রে।

ঙহাক থল্লগা বিশ্বজিৎনা হায়বকই "অকোনবগী ছাত্র অহু ঐ তম্বীজরগে। লাইরিক পানবা মতমস্থু থর ফ বিবগনি। ঐদি তম্ববদা মতমবীজগে অহুগা অরামলদি ইবেম্মগীনি।"

বাসন্তীনা খুদমনা তুমিন্না লৈরে। বিশ্বজিৎনা য়াম্না লাঙতক্লনা "ম্লাগত্রা? ঐনা হায়ঙ্গবিবা অসিবু যাবিগত্রা?" হায়রগা পাউখুম ঙাইহনা মুম্না বেংহনা লৈ।

বাসন্তীনা নোকফেং তৌরহনা "ম্লাত্রবদি?"

মতম অতুগী বিশ্বজিৎকী পূক্নীংগী ফিভমদি থাবগী পাঙ্গল লৈতরে। তৌফম খঙত্রহ্না হায়রকই "য়াত্রবদি—ই—ই।"

বাসন্তীনা মাগী মতৌ তমহ্না "য়াত্রবদি · ··· · ·· থৌরী য়াম্দুনা শিনি।" হায়রগা য়াম্না মুংশিনা থম্মোয় মহী চেলহনবা খোঙ্গেলনা থীক থীক নোক্লকলে। বিশ্বজিৎসু নোক্লে। ঙসিগী বাসন্তী অসিবু চহী মরি চুপনা কলেজ অমতদা তম্মীন্নরকপা য়াম্না চীং লেপ্বী বাসন্তী অতুরা ? অসুক মুংশিবা মীনোক অসে নোংমতা তাহন্দনা চহী মরি লোতু্না থম্বা হৈবু হৈনে। মথংদা ন্না মখা তানন্ত্রিভৈদা পূং ত.রহ্না কাংশি খীংলকলে। মহৈ মহৈ ক্লাসতা চঙনখ্রে।

---

# চেরা লমন্নুংশি

মতম কুইনা নীংলকপা আশাদি ওলিগী মুমিৎতা থুংলে। আসাম প্রদেশতা চিকনা ডানথোইরিবী থম্মোয় ঈংলবী পুকচেল ওপালবী চেরানি। শাবী শানৌ কয়াগী নীংবা থুংনফম লমদমনি। লোইবী চীংথকমক ওইরবস্তু রাজধানী শিলংগুম্বা নওে মীনিন কদ্দে। মহৌশানা মীচিক মীরাওখোনবু থাপনা তাম্মোকখি-দগুম তৌই। খ্বাইগী য়েংনফম শিলংনি অদুবু ঐগী থবাইনা তাজবা পুক্নীংনা পামজরুবদি শিলং ওইবমদদ্রনা চেরা ওইরমলে।

কবিগী চেবাবু ঐহাক্না অসুক নুংশিকবিরা? নুমিদাংবাই-রমগী তাবমদাই কোবৌহনবগী মশেকনা চীংথক্কুগী হাইথবকপা লাঈজদা য়ৈবদি ববিগা প্রমাণ তৌগনি? ঈশিং তাফম খুদিংদা শাকনবা নুংজাওনা লাঈজ ঈশিংনা য়ৈবদা মশীং লাক-ওমজ্রবা ঈরিন্না অতিয মমন। পাইথংকে হোংনবি। কোবৌ মশেকনা য়ৈবদা ঈশিং ঈবিক মরক্তা চুমথাংনা পিকলপ পিকলপ লৈতেংলি। নেমথখ্রবা চীংমাযদা খুন মচা মচা তাখ্রি। অরাংবা চীংগী লমদগী য়েংথরকপদা মীওইবগী মহুমবু পীকলবা খুন্নবোন-গুম উরি। য়েংখি যেংখিবা মায়কৈ খুদিংদা কনাগী মিংফম হোংবা য়াখিদে। মাওলোমদা যেংখিবদা শিলেটকী তমপাকনা মহৌশাবু থাপনা কৌথোক্নুনা পুখিবগুম মিৎযেংগী লমদম তামখ্রি! ঐখোয়গী পুক্নীংগী মিৎয়েংস্তু তামখ্রিবা লমদমদু তাম্না

পুখ্রি। খন্ন কুইনা মহৌশাগী তুং ইল্লুববদি জ্ঞান ফাওবা তাশি-ক্লক্তে। মুন্না মুন্না য়েংশিল্লুবগা মহৌশাগী খুৎশেম নম্ভনা তৌবা ঙম্বা কনানা শেমলম্বা ওইরবোই হায়না নীংলুই।

অমরোমদা যেংলুই জুরাই জুরাই লাউবা মখোলগা লোয়ননা অতৎপা লৈতনা তুবেল মচা অমখকনা মখা পাংনা চেম্থখ্রি। চীকলবা উমংনি। তুবেলগী নাকল অনীদগী উপথরকপা উগী মশা মবেংনা তুবেল অহুবু লোৎশিন্দুনা থমখ্রি। পীকলবা তুরেল মচাহুগী ঈচেল থিংগে মতাগুম চাউববা নুংজাও কয়ানা ইয়ায়দা খিন্দুনা খিন্দুনা লৈবি। অহুবু পীকলবস্তু লেপ্তুবা ঈচেলদি কনা-নস্থু থিংবা ঙমদে কল্লবা নুংজাও ফাওবস্থু হুৎতুনা চোনথখ্রি। মসিনা পাউতাক অমস্থু পীবমনি পুকচেনদা লেপ্ল্ তাইবংপান্দা ঙমদবা থবক লৈতবনি। ন্নুংশা মপী হোনবা নন্তনা মহৌশা লাইবেম্বীদ কবিগুম্বা পাউখুম অমতা পীবম্বা ঙমদে।

অহুদগী ঐখোযনা তুবেলগী ফজবা যেংলগা তোর্ব্বান্দগী কাখৎলকপা মতমদা থাপলপনা উম্নুংদগী উচেক অমনা থুমলবা খোম্থাংনা খোংহৌই। উচক্কুগী খোম্থাংদো কয়াগী মতীক ন্নুংশিবা কনম্না য়ৌনা ফোঙদোকপা ঙমদ্রে। পোম্বীগী খোম্থুং তাবদা ইঙেনলৈনা ফইনা ন্নুংশা মপী অমা হোল্লকই। অহুদগী ঙহাক লৈবগা শোনখিবগুম তায় "অসিগুম্বা লমদমসিমক ওইন্রে ঐখোয়না লৈগদবদি। ওন্থারা ন্নুংশিজখ্রেদা। থম্বাই হকচাং য়াওনা হেক ন্নুংশিজে।"

থম্বালতোম্বীনা খুমখি "অচুম্বমকনি থম্মোয়গী বীণা মরীবু মখোল হৌনা থমগে নীংলব। অচুম্ববু তাকপীরমগে খল্লবা অদু ওইরবদি মতুগী চপ চাব। মফম মসিনা ওইগবরা হায়না ঐহাকস্থু খললমলিবনি।" অদুদগী মথা তাথবকই— "খনহুনা য়েংবিউ, চীংজাও ময়াম, ঈরৈ ময়াম, লোকচপ ময়াম অসি লাল্লক্কুনা করম্বা সমাজগী কনাগী মীনাক য়োবক্কনি ? তুবেলশিংসে পীক-লকবস্থু ঈরৈ কনবনা মীনোক অমতস্থু লাল্লকপা ওম্মোই। অদুগা যৌবদস্থু বাগনি কবিগুম্বা লাল্লক্লবস্থু মহোশাগী ফজবনা মপূক-চেল ওনখিগনি।"

লৈরিক্কা খুমলকই "হেঃ হেঃ নখোযগী কবিনাথশিংগী বা-বেমতু হৌদোক্লবরা ? ঐখোয কবিগী রাকা তাজনীংদে অতুগী শককপুদি মফম অসিগী মীশিংসে কবম তৌবগা চংথংহনবা য়াগদগে, করি তৌবগা রাজনীতিগী অমসুং অর্থনীতিগী কান্নবা খঙলক্কদগে হাযবতুহুম খল্লসি। মক্বপশিংবু দেশ সেবিকাওাক নত্রনে ? পোকপগী মহয় যালহনগে, ইমা লৈবাকপু সেবা তৌগে নীংলবদি মফম অসিদা স্কুলনচিংবা লিংহুনা ঐখোযগী ইচিল ইপুবা ময়ামসি করম তৌরগা মহৈগী মঙাল ফংহনগদগে হায়-বতুম খল্লসি।"

ইভেনলৈনা "চুম্মীনে অতুগুম্বা থবক অতু তৌগে হায়বগী-দমক্তবু ঐনা অসিদা লৈনীংই হাযবনি। মফম অসিদা স্কুলগী ওঝা ওইহুনা লৈববদি কমদোই ?"

লৈরিকনা "মহুস্থু নহাক্তি ঙমলোই।"

থম্বালতোম্বীনা ‘অতুদি মক্লপাকী দেশ সেবা অতুদি কবম্বা মওংদা তৌসি হাযবিবনো ? তৌসি অমুক হায়, তৌবগে হাযবগা ডমলোই তৌবা যাদে হাযহনা অমুক থিংই। কবি হাযবি-বনোনে ভাই।”

লৈবিকনা “মহ ক্কীবু হাযবনি। সত্য মাদি সিদা লৈবা ডমলোই। কালেনগী মকম অসিগী হৱাদি যায়া ফত্তে।”

থম্বালতোম্বীনা “কান্নবা ৱা নত্তেদা লৈরিক মক্লপ, ভাব তাবিযুদা। ওহাক্তা দেশ সেবাহু থমখিসি। ওসি নোংমতদি ভুংডাইবসি হাযহনা পীকনিক লাকলিবা নত্রনে ? ঐখোযসিবু হন্নুবিরাও ? নহা নত্রনে ? ভুংডাই ভুংডাইবা ৱাবী শাসিনে। মাঁওইবগী মিং খুদিং মান্নদে। থম্মোয খুদিং খেন্নে। মিংযেং মান্নদবগুম্না মীশকম্থু খেন্ননা উই। পূক্লীংনা পাম্বা লমদমগী হৱানা হকচাংদা চূনবনি, যেংনাংবা লমদমগী দৃশ্যনা পূক্লীং চুই হায়বসি কাউবিগন্নু মক্লপ। করি হায়বগে চানীংবা ইনশাংনা হাওত্রনে ইঙেনলৈ ?”

লৈবিকনা খুমলকই “মযামতু ঐ কবিমতা তানাংদে অতুগা ভাবম্থু তাদে। ঐনা হাযবিবসিনি ঐখাযগী ইথোদি সমাজগী চাওখংনবা হোৎনবা দেশ সেবা তৌবা অসিতনি।”

“মানা মানা পাম্বা মাযকৈবোমদা থাজিন্দুনা পূক্লীংনা পাম্বা উশা থল্লগা কাযদাওহন্দুনা পুন্সী মহয য়ালহনবদি সমাজগী মাডনবা ওইগনি খনবিববা ?” হাযনা থম্বালতোম্বীনা হংই।

মতৌ অসুম্না ৱাবী শানা শানা লাকপনা নীংথিজববা উমং অতু লাম্থোক্লক্লে চেবাগী শুরুং যোবে। অৱাংবা চীংথক কাহ্নুনা লাকপা অমস্তুং শাংলবা মোংশাং অহ্ শমলকপদা খ্বাই পূম্নমক চোকথনবে। হকচাং শোনবা কাডবুদি মিংতা তন্দন পাইনরে। শুরুং অতু চঙগদবগী মৈবা চুখংনবে। পীকনবা চীং মচা অতুগী মন্নুংদা অমক নীংথিজববা মহৌশাগী ফজবনা থল্লবা শুবং উবদা কনাগী পূক্লীং শুমহৎলোই। পূম্নমক মঙগুম থোকখবে। যেংলু যেংলুবা খুদিং মিংফম হোংবা যাখিদে। য়েংদ যেংশিল্লুরগা জান মাঙবস্থু যাওশিল্লকই। অহানবদা শুকংগী চঙফম উবদা খল্লি নসিদি খ্বাইনা শুকং হাযনবিবসিদি লমহুই মখুননিদনা অস্মা। অতুবু মন্তুঙ চঙলবা কান্দদ অতুগুম্বা ৱাখল পূম্নমক অদো মহৌশাগী ফজবনা থাপনা তাম্থোকখ্রে।

মযাম পূম্নমক ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙনদে পুক্লীং থিংজিননা য়েংনবি। কনা অমনা স্নুঙগায মাংচং ফকলি। মতম অসিদ ইঙনৈল মহৌশাবু পামজবী, থম্মোয থোৎপী অৱা নুংঙাইবা লোকুনা থম্বা হৈতবী অমা ওইবনা ড্রামাগী মতৌগুম ৱা ঙাঙবা হৌবকাল। ওোপ ওোপ্পা খোঞ্জেলনা মহৌশাবু থাগৎপা হৌবকলে। অমনা কৌবস্থু খুমদ মযাম্না ৱাবী শাবস্থু য়াওদে। শৈরেং 'থীথবগুম মহৌশাবু থাগৎলি। থীথখ্রিবা ৱাহযশিংদো তাবদা নুংঙাইবডাক্তনি। অংদগী অসুম অসুম চঙশিল্লকপনা শুরুং মযায় যৌশিল্লকলে মরূপ অমনা হাযরকই "মফম অসিদা মৈ মুৎথৎতুনা কয়া যাম্না মমবগে অমুক্তা য়েংসি।" ময়ামস্থু

য়াহুনা মুখৎলে। অতুদগী ভাবনা লাকশিনবা ঙমদ্রবা মঙদফাও উখিদ্রিবা অমম্বা অমা উরে। খোঙ খুৎ হকচাং কদায়দা লৈবা হাযবত্থফাওবা খঙখিদ্রে। অতুদগী অমুক মৈ চুখৎতুনা মথং মথং চঙশিনবা হৌবে। মওং ওস্থোক ওস্থোকপগী মূর্ত্তি মহৌ-শানা শেমলম্বা উবা যংই। বাজসিংহাসনগী মতৌগুম মফম অমম্ভ লৈ, শামুগী মতৌগুম্না মথং মথং পরেং ওইনা লেংহুনা লৈখ্রি। অঙকপনি চীংথক অতুদা যেংলবদি কনানস্থ অসিগুম্বা শুকং লৈ হাযবা অসি থাজবা ঙমলোই। মহৌশাগী খুৎশেন অঙকপনি। অস্তুম চঙশিল্লকপনা শুকং খমলকলে তাইবংপানবা মঙাল খব খব ফাওরকলে। শুকংগী থোকফমদা কোবোহনবগী তারমদাই মশেক্লা মোমোন নোক্লুনা অশংবা উনালক্ল। ডাইবগুম খনখবে। কযাগী মতীক ফজবা মালেমদা অস্তুক নীংথিজবা দৃশ্য অনী শুবমগনি খল্লুদ্রে।

কোবোহনবদি কনাবুস্থ থৌশানা ডাইবিবমদবনা মযানস্থ শুকংহুবু হন্না হন্না যেংলহুনা বিদায পীবমলগা হল্লকল্লে। অতুগী মথংদা লাকপনা খোম্থোক্তবী তুরেলগী তোর্ব্বান্দা থুংলরে। তুবেল অসি চীংযা অমদা ঙা থেংহুনা চেল্লি। অস্তুম চেম্বরক-লম্বদগী খঙহৌদনা চীংন্নুংহুং অমদা চঙখ্রি। চঙফম মপা অতুগী মথক্তস্থ শুরুং অমা লৈ। খোম্থোক্তবী তুবেলনা অস্তুম নোক খেহুনা লাকলম্বদগী খঙহৌদনা চীংন্নুং তমনা মখোল থোক্লুনা চেম্থখ্রি। খোম্থোক্তবী তুবেলগী লোইফম কনানস্থ খঙদ। চীংন্নুং কয়া ফাওহুনা অন্নাবা কয়া খাঙলগা করি লমদমদা তুরেল

মানা খোবকপা মতুম্ম খঙদে। পুন্সীদা নীংবা আশা থুংদবা মওংগুম কনাদম্ম হন্না য়েংলমদনা পূক্নীংগী অৱাবা ফোঙদোক-লম্মম্ম তৌদ, চেস্থখি।

তুবেনগী তের্ব্বান্দা, চীংযাদা মথল কয়াগী লৈবাংনা লৈতেংলি। মালংবনা ছুম্বদা হাইনা ছুমনা খাঙজরি। চীংজুন মচা কয়ানা তুমিন তুমিন, তুম্বক তুম্বক খিন্দুনা খোন্থোক্নবগী তুবেলগী মরূপ ওইবি। মথল কয়াগী চীং-উনা তুমিন তুমিন লেপলি, মওং মওংগী উহয়না পামেল উপালগী লৈতেংলি। মবক মবক্তা অচিকপা খিবিকুবু খোঙ্গল নেমলবী পোঙ্গীশিংনা থুগাই-বকলি। তাইবং মীওইবগী মীবাওখোল, মানিন তাবা যংদে। মথম অদে খোন্থোক্না তুবেলমন্না চোনগদবা লমদমনি। উর্বীগী জাৎতা পোকলবা উর্বীবনা খাইন মৈচাক পুবা চনজবাই থাদোক্নগন্নসি মতাগুম পামেল শেগাদা চান্ন-চিন্ননা যেংচবি। অওইবমকনি চেবা লাইবম্বা ঈংখ্রবা নওগী নশাইগানস।

কবম্বা আশা কাযখিবী শানোগী শাইওন্না লাইবেম্বী? ঈশৈ শক-শক্নুনা হবাওনা লাকলম্বদগী খঙলপ লেপতুনা তুমিন্না চৎখিবনা মথম অসিদা নথংলেন মানজ কাযনখিববা লাইবম্বী? থাঙ্গৈশেংবমকম্ম মাল্লি। নথংলেন্না মথোদাং যেংবা শুকংদা চঙখিবনি, বিদায পীবমদে। শানোনা মানজ ঙাইহুনা লৈহৌই। কোবোহনবনা শানোগী অৱাবা যেংবিবমদনা মপুগী থোদা কায-গনি হাযহনা নোংচুপ হাবম পাংথি। শানোনা কবম্না অচিকপা চীংযাগী উম্নুংদা নথংলেন ঙাইগনি? কৌবম্মী মতম খব শানোগী

খোম্বাংদা তারি হৌজিকস্থু শুরুং মপাদা। তামল্লক্তুবদা খোম্বাং লেপখি। শানৌগী মিংকী লাইজনা চীংমুং হুৎতুনা তুমিন্না মরূপ-লোয় খিবা চংখিবনি। থাঙ্গৈশেংবনি খোম্বোক্তবী তুরেল নঙবু উবদা ঐখোয়না অস্থুন্না খল্লি। চেরা পূকচেল তপ্পী, লাইরেম্বী নঙবু কবম্বা নোংদম্বনা মফম অসিদা তমহুনা থমলম্বনো?

মরূপ পূম্নমক বা মচেৎ অমতা ঙাঙনদে, থম্মোয় ফুকনা ফুকনা মুংশা মপী হোন্নরি। করম্বা রাখন্দগী করি তৌরক-লবনো ইঙেনলে বা মচেৎ অমতা ঙাঙখিদবে। খোম্বোক্তবী তুরেলবু বিদায় পীরমদাইদা হায়রকই "চেবা মুংশিবী। নঙগী নশাইগোনসে ঐগী থম্বাইনা ওম্বোকনা পামজখরে।"

---



| | |
|---|---|
| শ্রীমদ্ভগবত গীতা | ৫৲ |
| দেবদাস | ২৲ |
| কৃষ্ণকান্তগী উইল | ২৲ |
| দুর্গেশ নন্দানি | ৩৲ |
| খাঁরা নাচোম | ২॥০ |
| অচাইবা লৈ | ২।০ |
| শিক্ষা পাওমেন | ১॥০ |
| থাদোকপা | ১।০ |
| ঙুংশি হীবী | ১।০ |
| লৈচিন ছতি | ১০ |
| কাংনা ঈচৌ | ১॥০ |
| য়াইথিং কোন্নু | ২॥০ |
| লবঙ্গ লতা | ১৸৵০ |
| মাইস্নু পেমচা | ১॥০ |
| মহাত্মা গান্ধী | ১৲ |
| মীরাবাঈ | ১।০ |
| যুম্বাল লোন | ৸০ |
| লৈমরোল | ২।০ |
| লুচিংবশিংগী নহা ওইবিদে | ১৲ |
| লিলা নাচোম | ১।০ |
| পুন্সী মৈরা | ১৲ |
| ফাগি চামনিপাল | ১৲ |
| অঙাংগী রামায়ণ | ৸০ |
| চানকা শ্লোক | ।/০ |
| মুজা ফিগম | ১০ |